[illegible]

# মহাভারত পর্বখণ্ড নাটিকা



ডা. নারেন

[illegible] সাধারণের উপযোগী

# মহাভারত পর্বখণ্ড নাটিকা

ডা. নারেন

**_Mahabharat Parbakhand Natika_**

*by Dr. Akoijamba Naren*

ৱোংজবা : অকোইজম বীরাজিৎ সিংহ
নিংঙোম্বম ময়াই লৈকাই
ইম্ফাল ৱেষ্ট, মনিপুর।

ৱোংবা চহি : অগষ্ট, ২০১০ ইং





কপি মশিং : ১০০০ (লিশিং অমা)

মমল : লুপা ৬৫/- (লুপা হুম্ফুমঙা)



---

নম্ফম : *বীনিতা প্রিন্ট হাওস, পাওনা বজার,*
*(গোর্ভর্নর রোড) ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১*

# ইথোকচবগী ৱারোল

শান্নবা য়াওরিবা শান্নরোই মশাদগী, য়েংলিবা ভাবক্তা হেন্না মখোইগী অফ- ফত্তু উবগুম, পোংথাদুনা ভাবক ওইরবা ঐনা মহাভারতকী ৱারি লিরিবা অমদি তারিবা অনিগী মওং- মতৌ অসিসু উজে। হান্ন লম অসিদা খোঙদারম্বনি খংবা ইমাক অমনা ঐঙোন্দা মহাভারতকী নুংগী ৱাফম্না মপুঙ ওইবা শোত প্লে অমত্তা ইবীয়ু হায়রবদা, অহো- অরাক খরসু উরবা, ঐনসু ইনিংবা পোক্তুনা "মহাভারত পর্বখণ্ড নাটিকা" অসি ইজবনি। অদুবু লুরিবদি য়াম্নমক পাক চাউরবা থা অমা চুপ্পা ৱারি লিবদা পুমলোই লোইবা ঙমদ্রবা কথা অসিবু মচেৎ অমতং উৎপসু পেন্দবা, মপুম উৎপসু ওইথোক্তবা ওইবা মতাং লাকপদা তুবৎ নাতে শম- শমদুনা পর্বশিংদগী স্টেজগী ফম্বাক্তা উৎপদা খুদোংচাগদবা অদুগা খর খরসু নুঙাইগদবা মতাং মতৎ- মতৎ লৌখৎচরগা, অরোইবা শরুক মহাপ্রস্থান উৎতুনা স্বর্গরোহন পর্ব ফাওবা থিনগৎনবা হোৎনবা অদুগা য়েংবদসু উনবা, পানবসু ওইবা মওংগী নাটিকা অমনি। উবীবা অমদি পাবীবশিংনা মসিদি করি মতৌনো হায়না হংবীবা য়াই, অদুবু পাউরৌদা চফু মচা অমদা মহাসমুদ্রগী ঈশিং চলহনবা হায়বা অদুনি খনবীদুনা ঙাকপীগনি। শম্না হায়জরবদা সমপুর্ণ মহাভারতকী লাইরিকশিং শুনা লৈবদা পৈশা য়াম্না চংগদবা, লোইননা থৌওইনা পুন্ন লৈগে হায়রবসু পুন্ন ফংবা ৱাবা, অসিগীসু মথক্তা পাবদা মশা মরেং য়াম্না ফনমনখিবনা চোকথদুনা মতেক মতেক, মতৎ- মতৎ খর খর পারগা হেক হেক লেপ্পী। অদুনা মতৎ- মতৎ ওইনা খংই, মপুম ওইনদি খংদে। ৱারি লিবা অহৈবা ওজা অমা কৌদুনা লিহল্লবসু দক্ষিনা য়াম্না চাওমনবনা ঙমদে। অদুগা মখোইনসু মুল কথা অদুখক্তং

লৌখৎতুনা লিবীবগী মহুৎতা মশা মরেংদা লিদুনা লৈ। মরুওইনা ভাবকী তাবদা নুঙাইনবগী মওংদা পান্দবকী ভীমসেনবু ফাগী ফরাওগী মওংদা, নোক্লিংনবরোমদা পুশিন্দুনা জোকর তাহল্লী। পান্দব মওা অসি মী অমত্তগী খুৎচা মওানি। খুৎচা মওা অসি মী অমত্তগী শক্তী মওানি হায়বা অদু ফজনা তাকপীদবনা, হায়বদি জ্ঞান তাহন্দবনা দ্রৌপদীনা নুপা মওা লোনবগী মওংদা চৎথরবদি খর খেংলিবা নহারোন্না তাবদা, মসি তাবা য়াবা ব্বারি নৎতে হায়না করেম্নবগী ব্বাফম লাকই। অসোমদা চৎথরবদি পুন্য তানবা হায়ববু পাপকী কোমদা তাবা তারকই। আমৃত অদু হু ওলহনবগী মওং লাকই। মসিগী পাপ অসি কনানা পুগনি .......। ঐনা অপিকপা নাটিকা অসিদা প্রসঙ্গ খরদি শেংদোকচৈ, অদুবু লোইনা শেংদোকপদি চেনা য়ামদবনিনা ঙমজদে। মসিগীসু নুংনাংবা পোকচৈ। মতুংদা তাঞ্জা ফংলবা মতমদা শেংদোকচগে। অয়োল অরাল ঙাকপীগনি খনজৈ .......।

ডাঃ নারেন

নারায়নং নমস্কৃত নরং চৈব নরোত্তম্ম
দেবীং সরস্বতীং ব্যাসং ততো জয়মুদীরয়েত ।।

অন্তর্যামী নারায়নগী মশক ওইবা ভগবান কৃষ্ণ, মহাক্কী মরুপ নর বত্র আর্জুন, মহাক্কী লীলা মশক থোকহল্লীবী সরস্বতী দেবী অমসুং মদুগী ব্রা ঙাংলিবা, লেংলিবা, বেদ ব্যাস দেববু খুরুমজদুনা "**মহাভারত পর্বখণ্ড নাটিকা**" ইজরি। সুপচিন্ন ইবগীদমক ঙাকপীগনি।

*ইথোকচরিবা*

| | নট পাত্র | - | নুপা |
|---|---|---|---|
| ১। | ব্রহ্মা | - | প্রজাপতি ব্রহ্মা |
| ২। | নার্দ মুনি | - | দেবর্ষি নার্দ |
| ৩। | পরাশর মুনি | - | সুর্য্ পুত্র মহামুনি |
| ৪। | ব্যাস | - | পরাশরগী মচা বেদ ব্যাস |
| ৫। | কৃষ্ণ (বাল কৃষ্ণ) | - | বাল কৃষ্ণ |
| ৬। | নুংশিৎ নিংথৌ | - | বায়ু দেবতা |
| ৭। | কলি | - | কলি দেবতা |
| ৮। | বিরাট নিংথৌ | - | বিরাট মহারাজ |
| ৯। | যুধিষ্ঠির | - | পান্দব মহারাজ |
| ১০। | ভীম | - | পান্দবকী ভীম |
| ১১। | আর্জুন | - | পান্দবকী আর্জুন |
| ১২। | (নকুল+ সহদেব) | - | পান্দব |
| ১৩। | দুর্যোধন | - | কুরু রাজ |
| ১৪। | কর্ণ | - | মহাবীর কর্ণ |
| ১৫। | শকুনি | - | দুর্যোধনগী মামা |
| ১৬। | কীচক | - | বিরাট সেনাপতি |

**অতৈ পাত্র খরা**

| | নট পাত্র | - | নুপী |
|---|---|---|---|
| ১। | সত্যবতি | - | হিদিঙ্গা চনু (শন্তনুপী রানী) |
| ২। | কুন্তী | - | পান্দবকী মমা |
| ৩। | দ্রৌপদী | - | পান্দবকী লোইনবী |
| ৪। | বিরাট মহারানী | - | বিরাটকী রানী |

বিরাত রাজকুমারী অমদি মৌ নহা অমা।

# মহাভারত পর্বখণ্ড নাটিকা

## (১) চীঙ্য়াগী উমং অমা

[পরাশর মুনি খুত্তা মালা চৎতুনা ভগবানগী গুননাম শকুনা চংলকই।]

পরাশর - ঈশৈ - জয় নরায়ন ব্রহ্ম পরাযন

রাম রুপ ধর ... বাবন মারী

গুম্ভকর্ন বল বহন্তং

জয় নরায়ন .......।

নৃসিংহ রুপ ধর- হিরন্য মারী

হিরন্য কশি বল বহন্তং

জয় নরায়ন .......।

কৃষ্ণ রুপ ধর- কংসনা মারী

কাংস কেস বল বহন্তং

জয় নরায়ন .......।

কালি যুগ অবতার - শ্রী গৌরচন্দ্র

চৈতন্য মহাপ্রভু .......... নাম প্রচারন

জয় নরায়ন ব্রহ্ম পরাযন।

(ফমথবা) - ওঁ শান্তি ........ ওঁ শান্তি .......... ওঁ শান্তি

[পরাশর সমাধিদা ধ্যান তৌদুনা লৈবা বাল কৃষ্ণ ইংনা তপ্না মৃদংগগী তাম্বা চানা অনয় জগোই শা শাদুনা চংলকপা।]

[বাল কৃষ্ণগী জগোই পরাশরগী মাঙদা শাবা]

বেগ গ্রাউনদগী গীতাগী শ্লোক ৪/৭,৮,৯ অদু জগোইগা চাননা শক্লকই

ঈশে - পুং- খিন ... তেং তা, তা তেং তা, .....

**যদা যদাহি ধর্মস্য গ্লানি র্ভবতি ভারত।**

অচুম্বা লিচৎ শিথরগা, অরানবনা মথক কারবদি,

অচুম্ববু অরানবন নমহৎলবদি।

ঈশে - পুঙ- খিন তেং তা, তা তেং তা ........

**অভ্যুত থানম ধর্মস্য তদাত্মানং সৃজা ম্যহম ॥৭॥**

মদু ফুগৎনবা ঐগী শক্তম হোঙলকই।

ঐনা অনৌবা শকলোন লৌরকই।

(২)

(পুঙ্লোন খাইবা)

পুঙ - তৎ খ্রাঙ খ্রাঙ ...

ঈশে - **পরিত্রানায় সাধুনাং বিনাশায়চ দুষ্কৃতাম।**

সাধু ওইবশিংবু কন্নবা, ফত্তবশিংবু মাংহন্নবা

অফববু য়োকখৎলগা, ফত্তববু লৌথোক্লবা

ঈশে - **ধর্ম সংস্থা পনার্থায় সম্ভ বামি যুগে যুগে ॥৮॥**

ধর্মগী সংস্থান লিংখৎনবা খোংদারকই ঐনা যুগ যুগ খুদিং

(৩)

ঈশে - **জন্ম কর্মচমে দিব্যমেবং যো বেত্তি তত্ত্বত:।**

জন্ম কর্মদা তত্ব মশক খংলবদি, ঐনা ঐবু খংজরবদি

ইশাগী কর্ম মশক খংলবদি, ঐনা ঐবু খংনা চৎলবদি

**ত্যক্তা দেহং পুনর্জন্ম নৈতি মামেতি সোহর্জুন ॥৯॥**

শিরবদা অমুক হল্লকতরে, ঐঙোন্দা অদুম তিল্লরে

অরান খুবম ফংদুনা ঈশ্বরদা অদুম তিনখরে

পোকপা শিবা নাইররোই, পরমাত্মাদা অদুম তিল্লনি।

[কৃষ্ণ অতে অতে তাম্থাদা জগোই কয়া শাই, পরাশর অদু পরম
আনন্দদা ভগবানগী কুম্মে ধ্যান্দা উদুনা লৈ]

জগোই শাবা লোইরবদা কৃষ্ণ পরাশরগী মনাক চংলক্তুনা পরাশরগী মকোক মপাদা খুৎ থাঙ্গৎতুনা হায়রকই -

কৃষ্ণ - হে সুর্য পুত্র পরাশর ..... ওঁ শান্তি ....... ওঁ শান্তি ..... ওঁ শান্তি

হে মুনি নহাকমক্কী সায়োন ওইনা ব্যাস কৌবা মচানুপা অমা চোংথোক্তুনা (পোক্তুনা) মহাভারত কৌবা পুরান অমা লেংহল্লু, ইথোকপদি গনেস দেবতানা ইগদবনি, মরক্তা লত্তনবা তৎতনবা সরস্বতি দেবী না মাগী লৈয়েংদা লৈহল্লু। মখা তানা ব্যাসনা বেদ মরি (১) ঋাগ বেদ (২) শ্যাম বেদ (৩) যজুর বেদ অমদি (৪) অথর্ভ বেদ লেংগনি। ঐগী থবক পুম্নমক ব্রহ্মানা লোইনা শিল্লগনি, ঐগী য়াথং শোইবা য়াদে ঐ চৎলে।

[কৃষ্ণ চৎখিবা জগোইগী পুংলোল লাকই থিম্থদনা
মকোক্ মরি পানবা ব্রহ্মা দেবতা চংলক্তুনা]

ব্রহ্মা - মঙ্গল হো পরাশর, মঙ্গল হো পবাশর (পরাশর মমিৎ পাঙ্লকই)।

পরাশর - নম:নম: পজাপতি (খুরুমই ঙক্লা), হৌজিক ঐগী ইমাঙ্দ লেপলম্বা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য ভগবান অদু কদোমদা লেংবীখরবগে !!

ব্রহ্মা - শ্রী ভগবান অদু ব্রক্ষা ঐগী থম্মোইনুঙ্দা চংখরো নহাক্লা হাইনিংবা হায়য়ু অহং ব্রহ্মস্মী ......।

[তাল্লক অদুদা খংহৌদনা নুংশিৎ নিংথৌ কামলাক্তা কাংজৈ কাঙ্খুনা কোত্তুনা লৈমাইদা খুউ য়ৈশিন্দুনা তুররে, কলি দেবতানা তুংইন্নরকই।]

কলি - খংব্রা !! কলিগী মগুন খংলব্রা?

ব্রহ্মা - (ঙক্লা) ই: করিনো? নুংশিৎ নিংথৌ করি তৌরে?
(নুংশিৎ নিংথৌ ফুক হৌগৎলি কলিদা) খংগনি, ঙসি নং চৎখিবা য়ারোই ..........।

ব্রহ্মা - (শাওনা) করি !! ঐনা হংবদি খুমদে, হায়য়ু নখোই অনি করিগী খৎনরিবনো?

[ কলি নুংশিৎ নিংথৌ ব্রহ্মাদা খুরুমই ]

কলি + নুংশিৎ - নম: নম: প্রজবতি (খুৎ লোম্নে)।

নুংশিৎ - লাই কাংজে শান্নবদা ঐনা কাণ্ডক্রম খুল্লগা চেনগে তৌবদা মহাক্লা ফাগেদি হায়দনা ঐগী করাঙ্দা কাংহ্না কোৎপনি, অদুদা ঐ খুউ য়েশিন্দুনা তুরিবা অসিনি।

কলি - মহাক্লা কাণ্ডক্রম অদু চুম্না পুরগা চেন্দে, ঐঙোন্দা লক্লদুনা ঐদি পাঙ্গল কনবনি, লমজেন য়াঙ্বনি খঞ্জদুনা য়াম্না উশিত্তবা অদুদা কলি ইতিক খংহ্নবনি .......।

ব্রহ্মা - (শাওনা) করি !! মীগী শাজৎ চৎপা, লাই মান্দবা নখোই হৌজিকমক চৎলু, মর্ত্তদা কুমদুনা মী ওইনা পোকলুয়্রে অদুগা লম্বা তৌনরুরো অতৈ তেংবাংলিবা লাই ময়াম অদুসু মথং মথং পৃথিবীদা পোক্লরনি অদুগা পৃথিবীদা অচৌবা মহাভারত কী লাঞ্জাও অমা থোক্লসনু।

[ ব্রহ্মা শাওনা চৎখিবা ]

নুংশিৎ - ফৈ- ফৈ, নংনা ঐগী খুউ য়েশিলহল্লবনিনা মার্ত্তদা নংগী নখু অদু য়েথেক্কনি। (শাওনা চৎখিবা)

কলি - মীগী খুউবু য়েথেক্কনি হায়রিনে। ঐদি কুম্মে য়েঙ্দুনা লৈগদ্রা? ঐ কলি দেবতানে, হৌজিকসু কলি ইতিক খংহল্লে, পৃথিবীদসু খংহনগে। (কলি শাউনা চৎখিবা পরাশর ঙক্লা য়েংহৌবা)

[ সত্যবতি চংলকই ]

সত্যবতি - নম: নম: মুনিজী ! (খুৎ লোম্নবা)।

পরাশর - (ঙক্লা) এ: নংনা কনানো?

সত্যবতি - মুনিদেব! ঐহাক্ হিদিঙ্গা চনুনি। ইপাগী মতেংসু খর খর পাঙ্ই। হি হোন্দুনা মী থঙ্তোক থংজিন তৌদুনা লৈজবীনি।

পরাশর - অদু, করি হায়নিংবা ? নশক্লগা ফজরিবা !

সত্যবতি - মুনিদেব! ঐহাক অসি ইশক ইতৌ ফজরবসু ঐগী ইশা অসি ঙাহিং বা- ব্রা নম্বনা কনা অমৎতসু ইনাক্ নকনিংদে। মীনা হঙ্গোইনরে, মুনিদেবদবু মনম ফাউবীদবরা?

পরাশর - ঐঙোন্দদি ঙাহিং নম্বগী মহুৎতা চন্দন মনম ওইনা নম্মী, অদু করি হায়নিংবগে হায়রো?

সত্যবতি - মুনিদেব ! ঐগী ইশাদা ঙাহিং নমলিবা অসি কোক্লনবা বর অমত্তা পীবীয়ু হায়জবা লাকপনি।

পরাশর - ও: (ঙাইহাক ৱাখল তৌই) ঐ নংগী মপোক খংলে, ঐনা হায়বা ইল্লবদি নংগী নশা অদু ঙাহিং নম্বগী মহুৎতা চন্দন মনম নমগনি। লোইননা মতিকচাবা মীনা ইকাই খুম্নবা নচা নুপা অমসু ফংজগনি।

সত্যবতি - (ৱাখল খন্ন) ইচা নুপা অমা ফংজবা! মুনিদেব ঐহাক হৌজিক হৌজিক যুবতি ওইজরি। ঙাহিং নম্বা অসিতা কোকহনবীয়ু, অতৈ বরদি কোন্না নিজগে।

পরাশর - ফরে-ফরে, হয়েঙ্ অয়ুক অঙনবদা ঐ নংগী হিথাঙ্ফম অদুদা লাক্কে। মদুদা প্রতিকার অমা তৌবিগে, অদুগা ঙাহিং নম্বা কোক্কনি।

সত্যবতি - য়াম্না নুঙাইজরে মুনিদেব, নচা চৎচরগে।

পরাশর - চৎলো চৎলো, শ্রী কৃষ্ণ থাগোন্নজৌ।

**[ সত্যবতি চৎখিবা, পরাশরসু নাম শোন্দুনা চৎখিবা। ]**

জয় নরায়ন ব্রহ্ম পরাযন ........।

## (২) হস্তিনাগী কোনুঙ

[নিংথৌগী দ্বারী থাঙ-তা পাইবা অনি চংলক্নুনা থৌগল ঙাইদুনা লৈবা]

থৌগল্লোই ১ - কুরু রাজ লেংশিল্লকলে।

**(দুর্যোধন চংলকপা, থৌগল ওকপা)**

দুর্যোধন - (সিংহাসন্দা ফমলগা) থোঙাকপশা! ঙসিদি ঐখোইগী মরুওইবা মী নত্তনা অতৈ কনা অমৎতা চংহল্লকপা য়াদে।

থোঙাকপা ১ - মহাবীর কর্ণ লেংশিলকলে।

**[ কর্ণ চংলকপা ]**

দুর্যোধন - ইতাউ! লেংশিনবীরকসি, আশোন্দা ফম্বীসি।

কর্ণ - ইতাউ! ঐদি ফম্বু ফমনিংদরেদা।

দুর্যোধন - করি তৌরবগেনে ইতাউ?

কর্ণ - ইতাউ! ঙরাংগী দ্বৈত্য বনদা গনধরপগী লান্দু ওস্থোক্লা নুঙাইখিদরে।

দুর্যোধন - ইতাউ! ঐখোয়দি লান চৎপসু নৎতে, নুপী অঙাংশিং হরাউ তয়াম্বগী লম কোইবনি। কেজরিবা নৌজরিবা নুপী অঙাংশিংগী মরক্তা লান্দাশিল্লকপনি, মদুদা মখোইনা খুদোংচাবা লৌখিবনি। মদু মখোইগী মাই পাকপা হাইবা য়াদেদা, গন্ধর্পশিং অদু মরিল লৈরবদি ঐগী কোনুং অসিদা লান্দারকউদনা।

কর্ণ - অদুবুদি মতিক লৈতেদা, অদুদা ইকাই নুংশি য়ান্নরিবা ব্রাফমদি ইধৌ ভিস্মনা হায়খিবা চৈখ্বিা ব্রাতাশিং অদু খল্লুবদা কর্ণ অহিং তুন্বা য়াদে।

দুর্যোধন - ইতাউ! ঐদি ইধৌ ভিস্মনা ঙাংবা- চৈবা অসি মশিং য়ামনখিবনা ব্রা ওইনা লৌদ্রে, অহল অমা ওইনা অদুক শ্লোক থীজবনি খন্দুনা নাকোঙ্দা ইচং চংদে। অদু করি করি হায়ব্রবগেনে?

কর্ণ - পান্দবকী বন খোঙচৎ অদু খরা নকপা দ্বৈত্য বনদা লৈরে তাবদা ইতাউনা নোক্লবা, করেম্নবগী মওংদা নুপী অঙাংশিং ঙম্না খোমদুনা সনা-লুপা তেকথবমখে শিজিল্লগা, অয়ৌবী ফিজেৎ লৈতেং তৌদুনা দ্রৌপদীবু নোক্লবগী, ইকাইবা পীবগী মওংদা, লোইননা পান্দবকী উকু শেৎ- জটা পুন্দুনা লৈরিবা পুন্সি মরেল অদু ইকাইবা পীবা ওইনা চৎপা খোঙচৎ অদুদা, শকহেনবী ময়াম অদুনা গন্ধর্পগী হৈকোল- লৈকোল থদৎ- খোৎতৎপতা নত্তনা লু নাঞ্জরবা পুখ্রি মপান্দু হৈনা- লৈনানা পুমচাই চাইনা চাইখাইরুবা অদু শাওরদুনা গন্ধর্পশিংনা লান্দারকতুনা দুযোর্ধননচিংবা শকহেনবী ময়াম অদু গন্ধর্পনা ফাদুনা পুরুরে, মদুদা কর্ণ মশামক মাইথিদুনা থৈদুনা লোত্তুনা লৈবা, গন্ধর্পদা করিসু তৌবা ঙমখিদবা অদুগী পাউ পীরবদগী পান্দবশিংনা ফর-ফত্রসু ইচিল ইনাওশিংবু মীতোপ্না ফাদুনা পুখিবা য়ারোই হায়না গন্ধর্পশিং অদুবু মাইথিবা পীদুনা কনবীরকলে, মদু ইকাইদ্রা হায়খিবদুবু ইতাউদা নত্রাও?

দুযোর্ধন - ঐদি ইতাউ অহল অদু শ্লোক খরা থীরক্কগনি হায়বা অসি হান্ননা খংলদুনা নাকোঙ অনিমক মেনশিন্দুনা থমলুবনা করিসু তাহৌদ্রে......। মদুমক হেক হায়খিবরা ইথৌনা?

কর্ণ - য়ামম্রপোৎনি হায়খিবা, ঐনা তম্বনা ব্বাৎলিবনি ........।

দুযোধন - হোয় ইতাউ! য়াম্লা ইকাই নিঙাই ওইবনি অদুবু ঐদি মওং অমরোমদা ভীমনা কনবীরকপা নৎতে, ইনাও অজুর্ননা কল্লকপনি খল্লগা পুক্লিং ফাথদুনা লৈবনি। মীয়াম্লা ফত্তবা ওইনা উরিবা দুযোর্ধন ঐসে ভীম নত্তবা অতে পান্দবকী ইনাওশিং মরুওইনা ইয়াম্বা খ্বাইগী অহল ওইবা যুধিষ্টিরবু য়াম্লা নুংশিজবনি। অদুবু ইয়াম্বা/ইনাওশিং অদুনদি ভীমবু সৌগৎপনিনা ভীম লাক্লবদা মখোই অতৈবুসু চেন্নবনি।

কর্ণ - ভীমনা ইতাউদগী হেন্না গদা হৈবা নৎতেদা, অদুনা করিসু কিনঙাই লৈতে।

দুর্যোধন - অদুবুদি অচুম্বনি, ভীমদি গদাগী বাক শুনা হৈবা নত্তে। দ্রোন গুরুনা খর অদুক তম্বীবা অদুতনি, মদুসু খুৎলাই তম্বীবদা লৈথোক লৈথোক্লুনা বনদা উহৈ-ব্বাহৈ চাদুনা লৈথোকপনা মওং তানা হৈহৌবা নৎত্রে। দুর্যোধন ঐদি ওজা মথং মথং গদা বাককী মকোক বলদেবগী অচানবা সেবকনি। ওঝাগী সেবক মকোক হঙ্গুলা দেশকী বীরহংস মহারাজ নৎতনা গদা বাকতা দুর্যোধনগী লম্বা লৈতে।

কর্ণ - অদুদবু ভীমবু কিরুনিঙাই করি লৈরিবগে?

দুর্যোধন - অদুদা ইতাউ, ভীমগী বাক অসি নিয়ম লৈতে, মমিং লৈতবা নম্ফু বাকনি। লৈজবীদা মখুৎ অনিচংনা গদা পাইরগা হেক্তা ফুথবা মদু ঙাক্লবসু থুনা গদা চৎলগা হন্না হন্না পংফুদা ফুথবনি অদুদা মপাম্বোম্নগা খর কনবনিনা মাগী বাক অদু অতোপ্পা বাক অমনা হাইদৎকে খনবদা শাফুনা হেনখিবনা হেক্তা তুবা, মদুদা মাইথিরবা অদু ফাউবদা ভীমদি গদা থাবা লেপতে। জাৎ অমনি, অঙাউ-অফৈগী বাকনিনে ইতাউ।

কর্ণ - গদা বাকতা নিয়ম লানবদি য়াদেনে ইতাউ।

দুর্যোধন - অদুবু ইতাউ ফুনবা খৎনবদসু অখংবা ওঝা গুরু কৌদুনা য়েংহনবগী ব্রাফম লৈতে, অদুম মানা অদুম ঙমগ্রে, সিদনি মীনা তন্নরিবা।

কর্ণ - হৌজিক ভীমগী বাক মশক মুন্না খংলবনিনা মদুদা কিনিঙাই লৈত্রে। কোন্না ব্রা তানরসি, কর্ণনা চাকলিবা অসি ইধৌ ভীষ্মগী ব্রাফম অসিনি।

[ শকুনি চংলকই। ]

দুর্যোধন - মামা লেংশিনবীরকসি.....।

কর্ণ - মামা তাংবনলোমদা......।

শকুনি - ঙরাংগী দ্বৈত্যবনগী গনন্ধপগী লানগী মতাঙদা ঈধৌনা ঙাংখিবদু ঐসু তাহৌই, মদুদা নৈনরুরবদি পুক্লিং পিকথরক্রবনি। অকল-অথৌশিংগী ব্রারিদি পুক্লিং চাউখৎনবা থৌনা হেঙ্গৎনবরোমদা ঙাংনগদবনি। শম্না হায়রবদা ইধৌ ভিস্মনা নিন্দা তৌরিবসি কর্ণ নতোম্‌তা নত্তে, মকোক্তী শকুনি ঐনি, মথংদা ইমাক দুর্যোধন, কর্ণ নহাক্না অহুমশুবদা লৈরিবনি। অদুগা পান্দব কাঙবুবুদি ব্রাঙন থাংকৎনা ঙাংলিবনি। কান্নদে ওইরোইদবা থবক্তা কোক্ শিজিন্ননুসিদা.....।

(অসোন্দা ফমথবা)

[ শকুনিদি অদুম তুমথদুনা লৈম্লে। ]

কর্ণ - মামনা হায়রিবা অদু অচুম্বনি, ঐসু য়াজে। ঙরাং কর্ণনা থৌনা ফুদোকহৌদবা অদু য়াম্না ইকাইজরি, ঙরাং অহিং তুম্বা য়াদে অদুবু ইকাইজসনু...., অদুদা লুরিবদি থৌদোক অদুনা নমাক ইতাউগী পুক্লিং পিকথখরে, কর্ণনা অর্জুন লাম্বা পাবা ঙমলোইদবা মানগ্রে। মওন- মওন খন্দুনা ভীমদা লাল্লে হায়জনিংবগী মওংদা লৈরে।

দুর্যোধন - (শাওনা ফুক হৌগত্তুনা) করি হায়বা ইতাউ! দুর্যোধননা ভীমদা লাল্লে হায়জবা। ইতাউখোই লোইনা কিদুনা চেনগে হায়রবসু চেনগ্লো....., দুর্যোধন ঐদি অততাইনি। থোক্কদৌরিবা

মহাভারতকী লাঞ্জাও অসি অতৈ কনাগীসু নৎতে, দুর্যোধন ভীম অনিখক্কী লাননি। অদুনা দুর্যোধন ইরোমদোম ওইনা লান চংগনি। কনাগী মতেঙ নিররোই, মামসু করিসু অকিবমখৈ লোইনা চেনবীখরো।

কর্ণ - তপথবীয়ু ইতাউ! কর্ণনা ব্রাহৈ খরা লানথ্রমালে ঙাকপীয়ু। (হৌগত্তুনা) ইকাই- নুংশি য়ান্নদুনা থম্মোই চাক্লিবা মৈরিদা ইধৌ অমদি ইতাউ অনিনা ইকং লংশিনবা ......, কর্ণ কনানো ........? করি তৌবা ঙম্বা হায়বা অদু ইধৌ অমদি ইতাউদা হান্ন- উৎননবা ঐহাক হৌজিক দিগ বিজয় চৎকনি। পোকলকপদা ইশাদা খুৎলাই চংদবা লানগী ফুরিৎ কবচ কুন্দল লোইনরকপা পরশুরামগী সেবক কর্ণগী ময়াম খংনরবা খুৎলাই থাবগী অকনবা শাফু অদু পৃথিবীগী নিংথৌশিংদা পীদুনা লানঙম ফিরাল থেৎকনি। মতম অদুদা কর্ণ কনানো হায়বা অদু খংগনি।

দুর্যোধন - (ইংনা) ব্রারৌবীনুদা ইতাউ! দুর্যোধননা ইতাউদা নাওথি শাজবনি। ইপানি, ইপুনি হায়দুনা ঐবু নিন্দা তৌরিবা মীদা নাউথি শারুবা য়াব্রা, অমুক্তা খন্থবীয়ু। দুর্যোধননা পান্দবপু শিংনরিবা অসি ইতাউ লৈ হায়দুনা তৌজবনি, থাজবা হঞ্জদ্রি।

কর্ণ - (হরাওনা) সাবাস কর্ণ পেল্লে ইতাউ! ইতাউগীদমক্তা কর্ণ হিংলি অদুবু ইতাউ! ইবুথৌ ভিস্মগী মাংদা চাঙ্য়েং ওইনা পৃথিবীগী নিংথৌশিংগী মথক্তা দিগ বিজয় চৎতবা য়াদ্রি। মসিনা মীচং খোম্বদা মতেংসু ওইনগনি।

দুর্যোধন - মহাভারতকী লাঞ্জাও অমা থোক্কদবা কুইদ্রবনা ইতাউনা হায়রিবদু য়াম্না চুম্মী। মদুগী থৌরাং অদু নতাউগীদি হান্ননা লৈরবনা অব্রাৎপা লৈরোই। অদু ইতাউ ! অমুক্তং থোক্তুনা অব্রাৎ- অপা য়েঙশিল্লুসি।

কর্ণ - ফৈ ইতাউ ! লেংথোকসি।

(অনিমক থোকখিবা শকুনিদি চাননা তুমদুনা লৈহৌরে।)

[ শকুনিগী মমগুদা ময়াম্বা অহল লাক্কুনা বারি শানবা ]

ময়াম্বা ১ - ইয়াম্বগী ইবুংঙো ...... ইঙোতোম্বা ....... ইয়াম্বা লাকলি।

শকুনি - (তুম্বদগী হৌগৎলি) দাদাচৌ! ঙসি খংহৌদনা লেংবীরকপবু ননাওতোম্বদা করি তাকপীগদবা নম: নম: (খুৎ লোন্নবা)।

ময়াম্ব ১ - (ওক্লগা) ইয়াম্বগী ইবুংঙো মবুক ফত্রবা দুর্যোধননা নয়াম্বা ৯৯ হাৎখিবা অদুগী লমন শিংনবা করি করি থৌরাং তৌরবগে?

শকুনি - দাদাচৌ ঐখোই ইচিল ইনাও ১০০ (চামগী) মনুংদা ইথন্তা হিংহৌরবনিনা ইথন্তনা লমন শিংবদি ওইথোক্তবনা, শাস্ত্রনা হায়বা ঐবু ঙম্বা য়েক্লবদি মহাকপু ঙম্বা য়েক্লবা অমা শেমদুনা লমন খুমহল্লু হায়বা অদুগী মওংদা ননাওনা লাম্থোং শিঞ্জদুনা হৌজিক- হৌজিক কৃষ্ণনা উকল ওইরিবা পান্দব কাঙবু অসি কৌরব দুর্যোধনগী অকনবা য়েক্লবা ওইদুনা লৈরে। ইকুই কুইদনা মহাভারতকী অচৌবা লাঞ্জাও অমা থোক্লগনি। মদুদা ফত্রবা দুর্যোধন ভীমগী খুত্তা চৎলগনি।

ময়াম্বা ১ - দুর্যোধনসু অচম্বা নত্তে, গদা বাক্ শুনা মশক খংবা মীনি। ভীমদি চুমগননি, বাক ফজনা হৈবা নত্তে।

শকুনি - দুবাসা মুনিনা দুর্যোধন্নচিংবা মচিন মনাও ১০০ পুম্নমক ভীমগী মখুৎতা (শিরো) তুম্মো হায়বা বর পিবা লৈখরে, অদুগা মহাদেবদা সনাগী লৈহাও ১০০০ (লিশিং অমা) কৎপগী হাকতক্তা মমা গন্ধারিনা শাউদুনা মচা চাম্মমক ভীমগী খুত্তা লোইনা শিরো হায়বা শাপ লৈখ্রে।

ময়াম্বা ১ - এ! ফরে- ফরে, মুনি দুর্বাশাগী বর শোইবা লৈতে, অদুগা মমানা কপ্পুনা মচাশিংদা শাপ তৌবা থুংদনিঙাই লৈতে ........। ফরে- ফরে ইয়াম্বা পেল্লে, অদু ঐখোয়বু দুর্যোধননা হাৎখিবা অদু ইচে গন্ধারী খংব্রা?

শকুনি - দাদাচৌ থৌদোক অদু ইচেতা নত্তে তাইবং কনা অমত্তা খংদে। ঐনা ইয়াম্বা ৯৯ অদু লান চৎপদা চীঙ্থক্তা কাখৎপদা চীঙ্দগী শগোলগা কোন্ননা ওন্থদুনা লোইনা শিখ্রে, ঐ খকতং কোনুং শঙদুনা

লৈহৌবদগী হিংহৌবনি হায়বা অদুদা মী পুম্নমক থাজনদুনা লৈনখ্রে।

ময়াম্বা ১ - ফরে- ফরে, য়েংঙুদো ইবুংঙো! দুর্যোধন ইচেনা পোকপনি, মখোয় মচিল মনাও চামনি। ঐখোয়গীসু ইচিল ইনাও চামনি, মখোইদগীসু হেন্না খুৎকন পাঙ্গললিবনি। ঐখোই মখোইগী মীচং ঙাক্তনি।

শকুনি - চুম্মী য়াম্বচৌ! মখোয়গা ঐখোয়গা পুল্লবদি কনা অমত্তনসু লাকচবা ঙম্মোইদৌবনি।

ময়াম্বা ১ - অদু মখোইনা ঐখোই চামবু চাক কৌরে, অদু বার্তোন চৎপা মীওই মঙা অদুনদি পাউসু পীরদে, বার্তোন চেসু পীরক্তে, অদুদবু কম্মাইনা চাক চাবা লাক্কদগে! মদু খংদবনা ঐখোইবু শাউরে, ফত্তনা খন্দুনা ঐখোইবু হাৎননবা অমুক্কা হন্না চাককৌদুনা হাৎননবা থৌরাং তৌরে। অকোনবগীদি বার্তোন লাকই, অদুবু মী মঙা অদুনা মখোই খুদোং চাদদুনা পাউ পীবা, বার্তোন পীবা ঙমজহৌদরে মখোইগী থব্বাইতদি কনবীয়ু, পাউ পীরদে বার্তোন তৌরদে হায়বীরনু হায়রেদো।

শকুনি - য়াম্বচৌ মদু ঐখোয়না মী মঙা অদু কল্লুবদগী পাউ ফংদে হায়দনা লাকপা ঙমহৌদরে হায়রুবা অদুনা মখোই শাউবনি।

ময়াম্বা ১ - অদু ঐনা নাকোইননা থেম্লনবা হোৎনবা করিগুম্বা ব্রা অমত্তা দুর্যোধননা তাখিদরে। মী হাৎনবা থোঙ্ অমত্তা পানবা চেক্কী য়ুম অমা মপান্দা লোনশিল্লগা পুক পাইদুনা শিনবা থৌরাং হেক্তা তৌদুনা ঐখোই কংশি শিখিবনিদো। অদু নংদি করম্না হিংগৌই?

শকুনি - ঐবুদি দাদাখোইনা তাকপীবা মতুং ইন্না য়ুমদুগী মথক্তা অহোবা মখুন মচা অমদা নোংমা নোংমগী হরাই মরু খজিক খজিক থাদরকপা অদু ইতোমত্তা চাহল্লিদনা।

ময়াম্বা ১ - কংহাৎ হাৎনিংদুনা পুক্ পাই- পাইদুনা চাক্লা শিননবা তৌরিবনি। দুর্যোধনবু ফৈ করম্না হায়গনি, মখা কমদৌবা?

শকুনি - খজিক খজিক্তং চারিবনিনা শিবা মচেৎ খাকনা হিংখি, মমৈদা থা

খরা লেল্লবদা লোইনা শিকং কংদুনা শিরম্মনি হায়দুনা য়ুম অদু তুমিন্না শিদোক্লরে।

ময়াম্বা ১ - এ! অদুদি নংদি কমদৌবা?

শকুনি - কিদুনা ঐ ফান মরুমদা লোৎপদগী ফারে।

ময়াম্বা ১ - এ! নংবু হাৎকে তৌদ্রাও?

শকুনি - হাৎকে তৌবা হাইববু চরম মেৎপা হৌরবনে, অদুদা ঐনা ব্রাশত্তুনা ঐগী থব্রাইতদি কল্লু, থৌদোক অসি কনাদসু হায়দোকলোই হায়দোক্লবদি হাৎলু হায়বদুদা ঐবু থাদোকপীরকপনি।

ময়াম্বা ১ - মখা কমদৌবা?

শকুনি - ঐ অসি থাদোকপীরগদ্রা খল্লুবদা অমুক থাদোক্তরে। ঐ কিবা হন্দ্রী, অদুবু ঐনা মথক্তা হায়খিবা ব্রাফম অদু ইচেদা হায়য়ু হায়না পুরে। ঐনা ইচেদা ফজনা কপ্পুনা হায়রে, অদুদগীদি ইচেনা ঐবু থাদোক্তরে, কোনুংদা অদুম থম্বীরে।

ময়াম্বা ১ - অদু ঐখোইনা লমন খুম্মকউ হায়রম্বা অদুদি কাওবরা?

শকুনি - করিগী কাউগনি য়াম্বচৌ, ঐগী থব্রাই দুর্যোধননা কনবীবা নত্তে, ইয়াম্বা ৯৯ না করি চাদ থকতনা ঐ খকক্তং পিজদুনা হিংলকপনি। (শকুনি ও খোঙনা কপ্পী ময়াম্বা অদুসু কপ্পী।)

**[ শকুনি মীকপ থোক্লে, তাঙ্বনদা তারে, ময়াম্বা অদুসু চৎখরে, হন্ন হন্ন য়েং-য়েংদুনা ]**

শকুনি - এ! সিদি মঙনিদনা ......, দাদাচৌদি কদাইদা চৎখরে। (কপ্পী হৌগৎলগা কোয়েং য়েংঙি)। দুর্যোধনখোইনা চৎপ্লবা।

**[ শকুনি নুঙাই নুঙাইতনা থোকখি ]**

## (৩) হস্তিনাগী লম্বী অমা

**[ কুন্তী থবাই নুঙাইতনা চৎলী। ব্যাস দেবনা তুঙ্‌দা খোঙ্‌থাঙ্ কন্না লাকই। কুন্তী হন্না য়েংলকই। ]**

ব্যাস - ইবেম্মা! নহাক্ পৃথারা?

কুন্তী - নমস্তে মুনিদেব! ঐহাক কুন্তীনি। (খুৎ লোন্নে)

ব্যাস - ও! খংঙে-খংঙে ........, নংদি নচা নমৌ লোইনা বন্দা চৎশ্রবনিনা করম করম পাল্লি?

কুন্তী - মুনিদেব! ভিক্ষা নি-নিদুনা চাজরকপনি, অদুবু দুর্যোধননা ভিক্ষা ককথৎপিরে। কুন্তীদা কনা অমৎতনা ভিক্ষা হাপ্পা য়াদে হায়না কন্না থিংখ্রে।

ব্যাস - এ! অদুদি করম তৌরি?

কুন্তী - কৈথেল চৎতুনা অতা-অতু খুন্দুনা অমুক চাজরকপনি .......। মদুসু অমুক কৈথেল ঝাই-শিংপশিং ঙন্না- ঙন্না শিংহন্দুনা হৱাই মরু অমাফাওবা তাহন্দরে ..........।

ব্যাস - এ!এ! মদু ফাউবদি হাকমল্লীনা।

কুন্তী - নিংথৌগী অকনবা য়াথংনি, কনানবু ককলুবা ঙমগদগে মুনিদেব।

ব্যাস - ও!ও! জাৎ-জাৎ য়াম্না তৌরিবা জাৎ ওইরে .........। ইবেম্মা, ঐহাক ব্যাস কৌবা মহাভারত লেংবা মুনি অদুনি। নংগী পুন্সি মরেল অদু য়ৌনা ঐনা করম্বা শ্লোকতা য়াউখিবনো, ব্যাস ঐ মম্মী ...........। শ্রী ভগবানগী লিলানি ......, অদুগুম্বা লিলা অদু ব্যাস মশানা য়েংবা লাক্লি ......। অদু নবুধৌ ভিস্ম খোইনদি করিগুম্বা মতেং অমৎতা পীরকতবরা?

কুন্তী - মুনিদেব কুন্তীনা কনাদসু ঝাকৎলুবা লৈতবনা ইধৌনদি কুন্তীনা অসুক ঝানা লেল্লি হায়বা অসি খংলমলোই .....।

ব্যাস - এ! অদুদি লুরিনে ঝাফমসে .....। কৃষ্ণ! কৃষ্ণ! (পুক্লিং নুংশিনা) ভগবান নংদি কুন্তীনা অসুক ঝারিবা অসি উবীদবরা ..........।

নিংথৌরেল অমগী মহারানীবু খরা অদুক অবাবা নংহনবা নত্তনা ভিক্ষারী চাকনিবী ওইহনবা, অদুদসু পেন্দদুনা কৈথেলগী অতা-অতু খুন্দুনা চাবী, মদু ফাওবদা ককথৎপীবা অমা ওইহনবা ফাওবগী ৱারী ইহন্দুনা ব্যাসপু করিগী শিত্র লৈহনবীরিবনো? প্রভু! পৃথিবীগী কবিশিংনা ব্যাসপু করিনি খল্লমগদগে, মীনা ব্যাসকী কলম মচিন থৌমল্লী হায়খিবা তাই প্রভু !.........। অসিগুম্বা মতাঙশিং অসি য়াওবা মরম্মা মহাভারত পুরানবু ব্যাস ইশানা ইহন্দনা শ্রীগনেশপু ইহনবনিদনা! ব্যাসকী চিন্দগী অসিগুম্বা শ্লোক অসি থোকলকপা ঙমলোই খন্দুনা লৈয়েংদা সরস্বতিবু ফমহনবনিদনা ..., অদু ওইরবদি শ্রীগনেশ তা শ্লোকশিং অদু সরস্বতি ইমানা অদুম থিহল্লগা ইহনবীদবা করিগীনো ? (ব্যাস দেব কপ্পী, ....... কুন্তীসু কপ্পী।)

কুন্তী - (কপ্ন- কপ্ন) মুনিদেব! শ্রী ভগবান্দা নিন্দা তৌবীগনু .........। লাইবক থীরবী কুন্তী ঐগী ইরাল লৈদুনা অসিগুশ্বা অবাবা চৈথেং অসি ফংজবা ওইরমগনি (কপ্পী) ..........।

ব্যাস - ওঁ শান্তি ......... ওঁ শান্তি........ ওঁ শান্তি ......... (ব্যাস থুনা চেতন লাকই) (খোন কন্না) করি কুন্তি নরাল লৈতে ............, ব্যাসনা মহাভারত ইবদা ব্যাখা হাপতবনি, অদুনা তৌবনি, লুরিবদি ব্যাখা অদু হাপলুরবদি গনেশনা শ্লোক তংলে হায়দুনা ইবা লেপকনি হায়বা অদুদা কিজদুনা ব্যাখা হাপ্তবনি। অদুনা অপাবশিংনা মনুঙগী অর্থ খংদবনি, অসুম্না কুন্তী নশামকসু নশাগী অশেংবা নমিং খংলমদবা অসিনি। হে কুন্তী! নহাক্ কুন্তভোজ নিংথৌগী মচানুপী নত্তে , নংগী নমিং অশেংবদি পৃথা কৌই। কুন্তভোজ নিংথৌদি মচা অমত্তা পোক্তে। নহাক যদু বংশগী নিংথৌ সুরসেনগী অহানবা মচানুপীনি। নিংথৌগী মনেগী মচা কুন্তভোজ মচা অমত্তা ফংদবা অদুদা ৱাশকী মখা পোন্না নংবু কুন্তভোজদা পীদুনা কুন্তভোজনা মচা ওইনা য়োকখিবনি।

পৃথিমাতা অমদি স্বর্গগী লাইয়াম্না পাপী-তাপী ময়াম্না ওৎপদা পৃথিবী ভার পুবা ঙমদরে, কোকহন্বীয়ু হায়না বৈকুন্থগী নারান্দা ব্বাকৎপদগী শ্রীনরান্না শ্রীকৃষ্ণগী শকতম লৌরগা মর্ত্তদা মহাভারতকী লাঞ্জাও থোকহনবনি। স্বর্গগী লাইয়াম্না মর্ত্তদা কুমথদুনা মচা ওইনা শায়োন কয়া কয়া তৌবদা পৃথী মাতানা মচা ওইনা রামায়ন্দা সিতা, অদুগা মহাভারত্তা পৃথা ওইনা পোকপনি। মদুনা সিতানা ব্বাবা, পৃথানা ব্বাবা, পৃথীমাতানা অব্বা শরুক য়ারিবনি ..........।

কুন্তী - মুনিগী ব্বা তাবদা অব্বাবা খরা কোকচরে, অদুবু কয়াম কুইনা ব্বাখিগদগে তাকপীয়ু।

ব্যাস - অদুনি ইবেম্মা অব্বা- অনা হায়বা অসিসু ব্বাখলগী মখা পোল্লি। অব্বা পোৎলুম অদু মপু মাগী লিলানি, খন্দোকলবদি লুম্বা হৈ্ছ অদুগা লন- থুম কয়া পৈরবসু ব্বাখলদা অকিবা, থুকপা লৈরবদি মদুনবু হেন্না অব্বাবা লৈ। অদুনা নহাক্না অব্বা- মৈশা লংলিবসে কৃষ্ণগী লিলানি খন্দোক্নুনা হরাওনা লৈয়ু। কুইদ্রে! মহাভারতকী লাঞ্জাও থোক্দবা, মসি হেক লোইবদা নহাক্তা নত্তনা পৃথী অসি শান্তি লৈরগনি।

কুন্তী - নুঙাইজরে মহামুনি! অদু গনেশ হায়বা অসিবু করম্না লাইনো তাকপীয়ু।

ব্যাস - মীয়াম্না গনেশ কী মকোক্ শামু মকোক পাল্লি হায়নরিবসি অর্থ খংদদুনা হায়বনি। গনেশকী কোক অদু কোক মচা নত্তে, অচৌবনি, হায়বদি ব্বাখল মচা নত্তে, অচৌবনি। কয়াম চাউবগে হায়ববু শামু মকোকমুক্ চাওই হায়বনি। সরস্বতি ইমা অমদি ব্যাস ঐনা গনেশকী মশুন খংদদুনা চোপফনসি হায়দুনা মহাভারতকী শ্লোকশিং অদু নুংশিৎকী মাঙ্ থানা চেনা পন্দনা থীথদুনা, হেক লোইবগা লোইরে হেক হায়বদা শ্লোক খিবা লোইবগা ইবা অদু লোইবগা চপ্ মান্নদুনা সে হায়না সং

ইশ্নোরকই। মসিবু মী- লাই কনানা ওমগদগে ......., কনানা খংবা ওমদবা শ্রী ভগবানগী লিলানি ..........।

কুন্তী - ভগবানগী লিলা ঐখোয়না খংবা ঙম্বা নত্তে মুনি।

ব্যাস - অদুনি পৃথা, ব্রাখল চনিং তাও- মনাওনুপা পান্দুনা হান্না নিংথৌ ওইবনি, ময়াম্বা ধৃষ্টরাস্ত্রদি পান্দু লৈখিদ্রবা মতুংদা নিংথৌ ওইবনি। অদুনা পৃথা নংনা রানী মকোকনি, অদুগা নচে গন্ধারিনা কোন্না অনিশুবা রানী ওইজবনি। নচাশিংদসু যুধিষ্ঠিরনা অহানবা রাজ চক্রবতিনি, দুর্যোধনদি নয়ন উদবা মপাবু নমহত্তুনা নমদুনা ওইবা নিংথৌনি। কনা অমৎতনা দুর্যোধনবু নিংথৌ হাপখিবা লৈতে, মসিদা নহাক্লা করিগী তুকথদুনা লৈগনি।

কুন্তী - মুনিদেব! ঐগী হৌজিক লৈরিবা পুন্সি অসিদা করম্না কোক হায়গৎপা ওমগদগে?

ব্যাস - মদুসু চুম্মী! অদু, নচানুপা অহল যুধিষ্ঠিরনা পৃথীবী পুন্নমক্কী অমত্তা ঙাইরবা রাজ চত্রবতি নিংথৌরেল ওইগদবা মতম অদু কুইদ্রে। অদুনা, অখাঙ্ কল্লু ....... কৃষ্ণ ভক্তি কাওগনু ........, ঐ চৎলে পৃথা ........।

**[ ব্যাস চৎখিবা, কুন্তী অসুম অসুম য়েংদুনা লৈহৌবা। ]**

(কুন্তী খরা খরা অমুক চৎলি।)

কুন্তী - হরে কৃষ্ণ! হরে কৃষ্ণ .............
কৃষ্ণ কৃষ্ণ! হরে হরে .............

**[ মৌ নহা অমা চেঙ্খাউ মচা অমা পাইদুনা তান্নরকই। ]**

মৌনহা - ও: ইনে ....! ও: ইনে ...! ঙাইহাক্তা ঙাইবীখো .........।

কুন্তী - (কুন্তী হন্ন-য়েংঙি) করি তৌরে ইবেম্মা?

মৌনহা - ইনেদি অমুক্তা লাকখিদরে ........., করি চাদুনা লৈরমগনি খনবদা ব্রারে। (চেঙখাউ মচাদু পীরগা) সে ইনে, চেঙনি।

কুন্তী - নিংথৌ তারগা ইচাবু দন্দী ফংগনি ............। ইনেম চেঙ অদু লৌররোই।

মৌ নহা - মীয়াম্না ইনেবু নুংশিনবনিনা কনানসু নিংথৌদা তাকলোই ..., অদু তারবসু তাসনু .........., মসিগীদমক্তা দন্দী ফংলবসু ফংলসনু ......। মহা পাপীগী নিংথৌ অসি কয়াম কুইনা হিংখিগদবনো খংদ্রে ......। সে সে ইনে! কয়াদি য়ামদে, য়াম্লবসু মী উখিনি কিজবনি ........।

(চেঙ্ অদু পীবা)

কুন্তী - ইমৌগী চৈঙ্ অসি য়ামদ্রবসু মমলদি য়ামগ্রেদা ..............। ইমৌনা থমোই শেংনা পীবা চেঙ কুন্তীনা থমোই শেংনা লৌরগে।

(চেঙ্ লৌবা)

(কপ্না) ইমৌগী চেঙ্ অসি শ্রীহরিদা কৎকে, মদুগী মহে অদু ইমৌনা ফংজবা ওইরসনু .......।

**[ কুন্তী কপ্নী, মৌ নহাদসু কপ্নী। (মপী তৈথোকই ) ]**

কুন্তীনা কোক্তা নাম্থবী .......। ইনেমনা কৃষ্ণ ভক্তি কাইদবা মক্তা ওইরবদি শ্রীহরিনা চানবীদুনা ইমৌ নহাক ব্রাত্ত-পাদনা পানবা ওইজরোকো ........। (মৌ নহাদু কপ্নী) ইবেম্মা কৃষ্ণ সেবা কাউগনু, য়ুমগী গৃহ লক্ষ্মীদা ত্রিসন্ধ্যাদা মৈরা কৎপা কাউগনু। চৎলো চৎলো .............।

**[মৌ নহা অদু চৎখি। কুন্তীনা য়েঙদুনা ঙাইহাক লৈ, অদুগা খর খর তপ্না চৎলি। নহা অমা উরোং শুমচিং পাইদুনা চেল্লকই।]**

১বা নহা - ও ইনে! ও ইনে! কৈথেল চংলুখিনু, অমুক্তা ঙাইখো।

কুন্তী - করি হায়গেনে ইবুংঙো?

১বা নহা - করি হায়ববু কৈথেন্দা অতা অতু খুনবা য়াদে হায়বদুনি ........। ঙসি ঐহাক থবক অমা তৌবদা কৈথেল অসি ঙন্না ব্রাই শিৎপা ঙমহৌদরে, ইনেনা হানখিবা তারে হাইদুনা চেল্লকপনি।

কুন্তী - খুল্লোই খুল্লোই, ইবুংঙো! ইনে অতা অদু খুনবা লাকপা নত্তে। কৈথেলগী লাইরেম্বী খুরুম্বা লাকপনি। শিৎলু শিৎলু।

[নহা অমা শাওনা থোরকই।]

২বা নহা - ভাই! অহল অসিনা কৈথেলগী অতা- অতু, করি-করি খর খুঞ্জবা অদু নংনা ওন্না-ওন্না লাক্লুনা বাই হেক-হেক শিত্তোকলিবসি করিগীনো? শিংকে হাইরবসু খরা খরা থেংনা শিংলু। ভাই! নুপী অসি অচম্বা নুপী নত্তে, পান্দু মহারাজগী মহারানী কুন্তিনি খংবীয়ু .....।

১বা নহা - ভাই! মসি নিংথৌগী য়াথংনি। মী নুংশিরুবকাক য়াবা নত্তে, ইথৌনি, ইথৌ তৌবনি ...।

২ বা নহা - নিংথৌগী য়াথংনি হায়দুনা মীগী য়ুম মৈ থাউ হায়রবসু থাগদ্রও?

১বা নহা - থাবা তাবনি। (কুন্তীগী চেঙ্খাউ অদু উরগা শাওনা) এ! মাদি ওসাইনা খুল্লবা জাংনিনা। (কুন্তীগী চেঙ্খাউ মুনবা) কদাই পীরকউ, খুনবা য়াদে হায়রবমক্তা ............।

কুন্তী - ইবুংঙো!

২বা নহা - (শাওনা) ভাই! চেঙ্দু কৈথেলদগী খুনবা নত্তে, অহন্দুনা পুজরকপনি। ঐ ওশাইদগী দুকান মরুমদা ফমদুনা লৈবনি।

১বা নহা - (শাওনা) ভাইনা হায়জিল্লগা হেক্তা য়াগদ্রাও?

২বা নহা - (খংশাউ শাওদুনা চোংশিন্দুনা ১বা নহা অদুদা কাওথবা। ১বা নহা অদু তুই, চেঙ্ হৈদোকই। শাওনা হৌগংলকই, ২শুবা নহা অদুনা চরম তাপ মেংলি।) খঙ্ব্রা .......!

১বা নহা - এ!এ! ঐ লাল্লে, ঐ লাল্লে ............।

কুন্তী - ইবুংঙো থাদোকপীয়ুদা ..........। নিংথৌগী মনাই অচানবনি, নিংথৌ তাকলুরগা ইবুংঙো দন্দী ফংগনি ......।

২বা নহা - ইনে, মসি নিংথৌকাক য়ৌদ্রিঙৈদা স্বাইদা অসুম লোইশিল্লগে, অদুগা তুরেন্দা থাদব্রগে।

১বা নহা - ভাই ঐগী থবাইতদি কল্লু ....। ভাইনা হায়বমখৈ য়াজরে ....।

[ মেংগা থাদোকই, থৌরিদু নান্দুনা লৈ। ]

২বা নহা - হয়েংখৈ তৌখিদ্রা?

১বা নহা - তৌজররোই।

২বা নহা - অদুদি চেঙ অসি খুনগৎলু।

**[ ১বা নহাদু চেঙ খুনগৎলি। ]**

কুন্তী - য়ারে, য়ারে ইবুংঙো খরা তাজহৌরসনু .......।

২বা নহা - নং ঐনা লুম্বা কুইরবনি, য়াহৌ ঙনমনখিবনা ফুবা ফংদদুনা লৈরকপনি .......।

কুন্তী - (২বা নহাদা) ইবুংঙো নং চৎখ্রো। কদাইদনো লোৎতুনা লৈরুরো। ইনেবুসু ব্রাথোক ওইরনি, চৎলো চৎলো।

২বা নহা - ফৈ ইনে চৎলগে, (১বা নহা অদুদা) ফজনা খুল্লু ঙমদ্রগা ব্রান্দুনা শিংঙু ......। (থুনা চৎখিবা)

১বা নহা - মা নুঙাইনি .......।

কুন্তী - য়ারে, য়ারে ইবুংঙো! (চেঙ লৌবা) ইবুংঙো, মখা তারুরনু। নহা অসি মিহুল অমা তৌই, মতুংদা নহাক বেরা লাক্কনি। শাওনু ইনে চৎলে।

**[ কুন্তী চৎখিবা নহাদুসু শাওনা চৎখিবা ]**

## (৪) বিরাট নিংথৌগী কোনুং

**(দ্বারী অনি চংলক্লুনা শেম শাদুনা লৈবা)**

দ্বারী ১ - বিরাট মহারাজ লেংশিল্লকলে.......।

**[ বিরাট নিংথৌ চংলকপা - থৌগল ওকপা, যুধিষ্ঠির কঙ্ক ঠাকুরগী ফিজোন্দা চংলকপা। ]**

কঙ্ক ঠাকুর - (থোঙাকপদা) ঐহাক ব্রহ্মননি, নিংথৌ অমুক্তা উনজগে।

দ্বারী - ব্রাহ্মনদি অথিংবা লৈজদে লেংশিনবীয়ু।

কঙ্ক ঠাকুর - (কঙ্ক চংলকপা, নিংথৌদা খুৎ লোল্লগা) নমস্কার মহারাজ।

বিরাট নিংথৌ - করি হায়বীগদবা ঠাকুর?

কঙ্ক ঠাকুর - মহারাজ ঐহাক ব্রাহ্মননি, ঐগী লৈজবা সমপতি পুম্নমক মৎপিখরে, উপাই লৈজদ্রদুনা মহারাজগী কোনুংদা মতম খরদং লৈজগে লাকচবনি।

বিরাট নিংথৌ - ঠাকুরদি করি গোত্রনো, নামনা করি কৌবীবা, কদাইদগী লাকপগে, ঐগী অসিদা করি ওইনা লৈবিগে হায়বনো?

কঙ্ক ঠাকুর - ঐগী গোত্রদি ব্যাঘ্রপাদনি, ইমিংনা কঙ্ক কৌই, যুধিষ্ঠির মহারাজগী কোনুংগী রাজপুরোহিত ওইজরম্বনি, মহারাজনা চানবা ফম পীবিগনি থাজে।

বিরাট দিংথৌ - কঙ্ক ঠাকুরদি করি করি শিন্‌ফমদি হৈবীবগে?

কঙ্ক ঠাকুর - ঐহাক ধর্ম- কর্মগী থবক মমুৎ তানা খংজে, শান্ন খোংনবদি পাসা খেলাদো থোইদোক্লা হৈজে।

বিরাট নিংথৌ - (হরাওনা) ও: পাসা খেলাদি ঐসু য়াম্না হৈ, বিরাটতা ঐগী লম্বা লৈতে ......। (হরাওনা) ও! বিরাটকী লম্বা ফংলেদনা, ঐহাক নহাসু নত্রবনা ধর্ম কর্মগী লম্বীরোবদসু খরা চংশিননিংলবনি য়াম্না চানরে কঙ্ক ঠাকুর নহাক ঐগা মরুপ শান্নরসি, ঐগী কোনুং মনুংদা লেংদনা অদুম লৈবীরো।

কঙ্ক ঠাকুর - মহারাজগী থৌজালনি।

বিরাট নিংথৌ - হায় কনা কনা লৈ? (দ্বারি চংলকপা) সে, কঙ্ক ঠাকুর অসে ঐগী মরুপ ওইরে, কোনুং মনুংদা লৈগদবনি অশিল অরাংশিংদা শিন্নরুচো।

দ্বারী - লেংশিল্লসি ঠাকুর .......।

বিরাট নিংথৌ - ইতাউ কঙ্ক, ৱারি ৱাতাইদি তপ্ন শানরসি .......।

**[ কঙ্ক ঠাকুর চংখিবা ]**

বিরাট নিংথৌ - (হরাওনা) ফরেদা! বিরাঠ লৈবাক্তা পাসা খেলা ফজনা হৈবা ইরৈ লৈতে লম্বা লৈতবা বিরাঠ নিংথৌগী লম্বা অমা লাক্লবনিনা পাসা খেল তৌদুনা পোৎথারগে।

**[ ভীমসেন চাকথোংবা বুজারিগী ফিজোন্দা বল্লব ওইনা, খাবৈ চেগপ পাইদুনা চংলকপা ]**

বল্লব - (দ্বারিদা) খুৎনা চংগে ইঙ্গিৎ তৌবা।

দ্বারী - ফনি ঠাকুর লেংশিনবীয়ু ........।

বল্লব - (চংলকই নিংথৌদা খুৎ লোন্নদুনা) নমস্কার মহারাজ খুরুমজরি

বিরাঠ নিংথৌ - (ঙক্লা) এ! ঠাকুর করি .......।

বল্লব - মহারাজ ঐহাক্কী মিং বল্লব কৌই, চাক ঈশিং থোঙবা য়াম্না হৈজৈ, অদুনা মহারাজগী চাকথোংবা বুজারি ওইনা থম্বীয়ু।

বিরাঠ নিংথৌ - এ! শাবান্দুগা ঠাকুর ...., মন তৌগদবা, শা- লান চৎকদবা শাবান অদুনা বুজারি চাকথোংবা ওইবা! ঐ থাজদে, বল্লব ঠাকুর।

বল্লব - থাজদবা তৌবীনু মহারাজ, ঐনা থোংবা চাক অসি যুধিষ্ঠির মহারাজ মশামক্না য়াম্না হাওই হায়দুনা থাগৎপীরম্মীবনি ....। চুমই, মহারাজনা হায়বীবা ঐহাক কৈ-নোংশাগা লাক্ল-ফানবা ঙমজৈ, ঐবু চাকথোঙবা বুজারী ওইহনবীয়ু।

বিরাঠ নিংথৌ - কোরফু অরুম- অরুম্বকাদি কোম্না থাংবা ঙমগনি ......। ঐ কয়াদি থাজদে, অদুবু চাক থোংবা য়াম্না হৈ হায়রবনিনা বল্লব ঠাকুর নহাক চাকশঙগী মকোক ওইনা লৈরো। হায় কনা কনা লৈ .........।

[ দ্বারী থোরকপা ]

সে ঠাকুর বল্লব অসি চাকশঙগী মকোক ওইরবনি, চাকশঙদা শিন্নরুচো .........।

[ ভীম্না মাং থাদুনা চংখিবা ]

বিরাঠ নিংথৌ - পামুইদা শাবান অসে অরেম্বদা অরুম অরুম্বা কোরফু কোরফান থাংদুনা মখ্বাঙ তেক্লনিসে, শিনফম ওনরে ..... ফরে, মান মান পামজবা হায়বদুনি ....., কৃষ্ণগী লিলানি।

[ মনাই অমা চংলকই ]

১বা মনাই - মহারাজ ঐখোয়গী খ্বাল শালাদা খ্বালাগী ফিজোল শেৎ- চাবা ষনগী মরমদা ফজনা খংলবা ষনগী মাইবা অমা লাক্লে।

বিরাঠ নিংথৌ - মহাক্লা করি হায়রিবা? মহাক্কী তৌবা ঙম্বা অদু নখোয় খংলবরা, উরবরা?

১বা মনাই - মহারাজবু ষনগী মাইবা অসি ষনবু মুন্না য়েংলগা ষন অদুনা

হান্ন ওইরম্বা, হৌজিক ওইরিবা অমদি মতুংদা ওইরক্কদবা অদু হেক্তা হায়, ঐখোইনা উরকপগা উদ্রিবা মানা হায়বগা চপ মান্নে।

বিরাঠ নিংথৌ - অদুদি খর খংলবা মীহ্বা ওইবতাইনে ..........।

১বা মনাই - মহারাজ ..... ঐখোয়গী ষন অমা নাদুনা লৈবনি, অদু মাইবা অদুনা চংশিল্লগা ময়া কাথোক্লুনা য়েংই, থুমলা করিনো খংদে ষনগী মরৈ অদুদা শং নানশিল্লি অদুগা ষন অদুগী ময়াংলেন্দা খুবাক্লা শেং-শেং থাই, ষনদু খংদুনা শং লেপখংলি, খিঙ-খিঙ হেক লাউই, শজিক খুদাম খুদাম হেক্তা চাই, হেক্তা পুংফা ফরে, মহারাজ অঙকপনি।

বিরাট নিংথৌ - অদু মানা করি হায়রিবা?

১বা মনাই - মহাকপু শা- ষনগী মাইবা ওইনা থম্বীনবা নিংথৌদা হায়বীয়ু হস্ল। মহারাজ অমুক্তা মিংয়েং তবীয়ু......, য়ারদি থম্বীরসি ...।

বিরাঠ নিংথৌ - নখোইনা হায়রিবদু চুম্লবদি থম্বীসি, চংলু ঐ লাক্কে।

**[ ২বা মনাই অমা অমুক চংলকই ]**

২বা মনাই - মহারাজ ঐখোয়গী শগোল ময়াম মরক্তা অশ্বপালগী ফিজোল শেংপা মশা মউ য়াম্না ফবা অঙাওবা শগোল লাকপা ফজনা হৈবা নুপা অমা লাকই।

বিরাঠ নিংথৌ - মহাক্লা কৈদৌরিবা?

২বা মনাই - মহাক্লা অঙাওবা শগোল লামচা অমা তাপ হেক্তা ফাই, ফুরিংখাওদগী থৌরি মতং অমা লৌথোক্লুনা য়াচন হেক্তা চনশিল্লি, অদুগা মথক্তা ফন চোংখত্তুনা থৌগে তৌবদা শগোল অদুনা চোঙদুনা মাবু থাদনবা তৌই, অদু মহাক্লা নপ্তুনা ফাই, খুতুম্না থাজিল্লি শগোল অদু হেক্তা তেথে, মমৈদা মানা চংহন্নিংবা মফমদা শগোল অদুনা চংলি।

বিরাট নিংথৌ - ও: মাদি শগোল লাকপা য়াম্না হৈরবা জাংনিদনা। অদু মানবু করি হায়বগে ?

২বা মনাই - মানা হায়বদি মহাকপু অশ্বপাল ওইনা থম্বীনবা নিংথৌদা হায়বীয়ু হায় য়ারবদি মহারাজ থম্বীরসিনা ঐখোয়গী য়াম্না কান্নগনি।

বিরাট নিংথৌ - ঐখোয়গীদি শগোল অনৌবা লাক্ত্রীবা য়াম্না লৈরবনে, ইশেন্নুপা কিচক দিগ বিজয় চংখিবনা শগোল লাকপীনবা কনা লৈত্রবনে, ঝারবনে....। ফৈ, ঐ লাক্কে চৎলু মাবু অশ্বপাদগী ফম পীদুনা থমসি।

**[ আর্জুন বৃহন্নলাগী ফিজোন্দা চংলকপা দ্বারী অনিনা মুন্না য়েংবা ]**

বৃহন্নলা - (দ্বারীদা) ঐহাক জগোই ঈশৈগী ওঝা অমনি, নিংথৌ উন্নজগে...।

দ্বারী - নিংথৌগী য়াথং অমুক্তা লৌজখিগে।

[ চংখিবা ]

মহারাজ স্নথোঙদা জগোই ঈশৈগী ওঝা অমা লাক্লে।

বিরাট নিংথৌ - চংহল্লকউ ।

বৃহন্নলা - (চংলকই) মহারাজ খুরুমজরি.....।

বিরাট নিংথৌ - (ঙক্লা) এ নংদি কনানো? জগোই ঈশৈগী ওঝা হায়বদুরা?

বৃহন্নলা - মানি মহারাজ, ঐহাক জগোই ঈশৈ তম্বীবা ওঝানি। মহারাজগী অসিদা জগোই ঈশৈ তম্বীজগে লাকপনি।

বিরাট নিংথৌ - নহাক্কী মিংদি করি কৌবা? জগোইনা কয়াম হৈরবা?

বৃহন্নলা - মহারাজ ঐগী মিং বৃহন্নলা কৌই। জগোই ঈশৈদা মর্ত্তগী অমদি স্বর্গগী অপসরাশিং নাচ-গান অনিমক তুনা হৈজে।

বিরাট নিংথৌ - ও! মদুদি য়াম্না ফৈনা, অদু লুরিবা অমতংদি নুপী অঙাংশিংগা লোইনদুনা লৈগদবা ওইবনা মীশক অমদি লমচৎ-শাজৎশিং অদু য়াম্না দরকার ওইবা অসিনি।

বৃহন্নলা - মহারাজ! ঐহাক ইশামক নপুংশকনি, থোইনা খম্ভনিঙাই লৈতে।

বিরাট নিংথৌ - (মুন্না য়েংলগা) ও! ওইরম্বসু য়াই।
(মনাইশিংদা) হায়! নখোয় লেপ্লীবা মীওই অসি করম্বা মীওই মাল্লি মুন্না য়েংঙু।
[ মনাই অনি চংলক্লুনা মাং-তুঙ ফজনা য়েংঙি ]

১বা মনাই - মহারাজ মীওই অসি নুপাসু মাল্লী, নুপীসু মাল্লী নুপাদি ওইরগা নুপীগী গুন চেল্লী।

২বা মনাই - মহারাজ মীওই অসি নুপাদি ওইরগা নুপীগী লমচৎ চৎপা নুপা মাইবীগী মওংনি। জগোই ঈশৈদি অদুম হৈরমগদবা মাল্লি।

বিরাট নিংথৌ - ও! ঐসু মদু খল্লি। ফরে- ফরে রাজকুমারী উতরা কৌরকউ।
(মনাই অমা চংখিবা)
ফরে, বৃহন্নলা নহাক কোনুংগী জগোই ঈশৈ তম্বীবা ওঝা ওইনা লৈরো।

বৃহন্নলা - ফনি, মহারাজ...।

**[ উতরা থোরকই ]**

উতরা - করি হায়গে পাবুং?

বিরাট নিংথৌ - হায়, নখোইনা জগোই ঈশৈগী ওঝা পীয়ু পীয়ু তোইনা হায়বদো, মাঙদা লেপ্লিবা অসি নখোয়গী ওঝানি ভক্তি কৎলু।

উতরা - (খুৎ লোন্নদুনা) নমস্তে, গুরুজি ...। (আর্জুননা ওকই)

বিরাট নিংথৌ - (উতরাদা) ফরে, নখোইগী ওঝা অসি পুরগা নৃত্যশালাদা চৎলো। ওঝাগী লৈফম চাফম শেম-শারুরো...।

উতরা - ফনি পাবুঙ, (আর্জুনদা) গুরুজী লেংথোক্লসে। (থোকমিন্নখিবা)

**[ উতরা-অর্জুন থোকখিবা ]**

## (৫) কোনুংগী চেকপল ময়া

বিরাট নিংথৌ - অসোমদা ঐবু ঙাইরম্মনি। (নিংথৌ চৎখিবা)

[ মহারানী মাইকৈ অমরোমদা য়েংন য়েংন চংলকপা ]

মহারানী - (চিংনবা ঝাঙাংদা) কনানোনে ঐখোয়গী চেকপল ময়াদা চৎলিবী নুপী অসিবু.....। শাওং শাদাসু ফজৈ মশকসু ওহোক্লফজখরে। এ:এ: সোমদা চংলকলে....। ঝা হংগে... (রাণী খুৎ খত্তুনা ইবেম্মা সোমদা লাও)। (শৈরন্ধ্রী রাণীগী নাক্তা চংলকই।)

শৈরন্ধ্রী - ঐবু কৌবীবরা মহারানী?

মহারাণী - অং, অং কৌই।

শৈরন্ধ্রী - করি তাকপীগদবা?

মহারাণী - ইবেম্মা, নহাকপু কনানো? নশক নতৌদি স্বর্গগী অপসরাগুম্মী, অশেংবা মর্ত্তগী নুপীরাও?

শৈরন্ধ্রী - মহারাণী, ঐহাক অশেংবা মর্ত্তগী নুপীনি, শৈরন্ধ্রনি। মহারানী দ্রৌপদীগী সেবা তৌজরম্বী শৈরন্ধ্রীনি। দ্রোপদীনা কদাইদা লৈরিবগে খংদ্রবদা কংঙাওনদুনা মহারাণীগী মফমদা মতম খরা শৈরন্ধ্রী ওইনা সেবা তৌদুনা লৈজগে লাকপনি।

মহারীণী - নশক নতৌ অদুক চংখোনবী নহাকপু শৈরন্ধ্রী ওইবা, মীগী মীনাই ওইবা পকচদেদা ইবেম্মা।

শৈরন্ধ্রী - অদুবু বরিদি তৌগনি উপাই লৈজদ্রবীনি, মহারাণীগী নকাইদা মতম খরদং শৈরন্ধ্রী ওইদুনা ননাই ওইনা লৈজগে।

মহারাণী - মদু ঐহাক য়াই অদুবু অকিবা অমতংদি লৈ।

শৈরন্ধ্রী - করিগী মতাঙদা কিবীরিবনো রাণী?

মহারাণী - নংগী নশক-নতৌ ফজবসে নিংথৌনা উপ্তবদি শোইয়ে। ঐ মহারাণীগী ফম তাখিবা য়াই.......। নিংথৌ হায়বসে নুপী মশক ফজবী উবা য়াদে.......। মপুরোইবা লৈরিবী নুপী ফাওবদা মশকপু য়াম্না ফজরবদি, মহাক্তবু খোইদারবদি হেক্তা খুদুম চনবা জাৎনি, অদুনা কিজবনি....।

শৈরন্ধ্রী - এ: অদুগী ওইরবদি কিবীগনু মহারাণী ঐহাক্কীদি ইপুরোইবা

ওইনা গন্ধর্প মঙা লৈ। মখোইনা ঐবু কুপ্না শেনরিবনি অয়ুক- নুংথিলদদি মখোই লাক্তে....। অমরোমদা ঐনা নুপা কনাগী মনাক্তা চৎচদে, উনজদে মতুংদসু উনবা লৈজরোই। নিংথৌগী মনাক্তা ঐবু পাখোন থাবীগনু, লোইননা কনাগুম্বা নুপা অমগী মনাক্তসু ঐবু থাবীগনু মসি ওইরবদি করিদসু অকাইবা লৈরোই চিংনবীগনু...।

মহারাণী - ও! নংনা অদু ঙাক্লবদি ঐ য়ারে। শৈরন্ধ্রী, নহাক ঐগীদা লৈরো।

শৈরন্ধ্রী - ঐনা শৈরন্ধ্রী ওইবদা ব্রাফম খরা ঙাকচৈ, করি করিনো হায়বদা মীগী লুখাক চাদবা, মীগী মখোঙ হামদবা অসিতংদি ঙাকচৈ।

মহারানি - এ: করিগী লুখাক পীজগদগে, করিগী মীগী খোঙ হামগদগে নংনা তৌগে হায়রবসু মদু, রাণী ঐনা য়াদে। ফরে নহাক্কী ব্রাতাদা ঐ পেল্লে। লাক্লো মহারানীগী কারোমদা তুমিন্না চংলসি।

[ রানীনা মাঙ থাদুনা দ্রৌপদি পুশিনখিবা ]

## (৬) নৃত্যশালাগী রঙ্গ মঞ্চ (বৃহন্নলা থোরকই)

বৃহন্নলা - উতরা ..... উতরা.......!

উতরা - (উতরা জগোইগী ফিজোন্দা থোরকই) করি হায়গে ওঝা?

বৃহন্নলা - ঙসিদি নহাক্কী জগোইগী চাঙয়েং তৌবা তারি, ঐ য়াওরোই নথন্ত অদুম শাগদবনি.......।

উতরা - ফনি ওঝা, ঐসু মদুগী ফিজোন্দা লাকচরবনি...।

বৃহন্নলা - অদো নহাক্না কাওরোইদবসে জগোইগী তান অসিনি, তান অসিনবু চানরিবা মখৈ ফজবা হল্লোই। করিগুম্বা তুবা-খোৎপা য়াউরবা ফাউবদা হায়মা ! হায়দুনা হৌগৎপগী মহুৎতা তান অমা তাপ ফারগা চানবা খুৎথেক অমদা তান্দা নেত্তুনা হৌগৎলক্কদবনি। তানবু চানদ্রবদি জগোইগী ফজবা খুৎথেক অরেম্বনি।

উতরা - অদু ওঝা পুংনা তান ফজনা পীদ্রবদি লুগনি।

বৃহন্নলা - চুমই ! পুঙনা তান শীগদবনি। জগোইগী খুৎথেক্তা আনন্দ ওইরিবদি ভাবকশিংদগী পুঙ য়েবনা হেন্না পেল্লিবনি। পুঙ য়েবা অদুদা আনন্দ ফাউদ্রবদি তান অদু ফরক তানগনি। অদুনা চানদবা য়াউরবসু নংনা তান অদু ফাননবা খোঙকাপ হূদুনা শাগদবনি। অদু খংনা ওঝান অদুম তৌরক্কনি, নহাক জগোইগী ফিবম শেম-শারো।

(উতরা জগোইগী ভঙ্গদা লৈরে
মনুংদগী তান য়েরকই।
উতরা জগোই ঙাইহাক শাই)

**(নুমিদাং অমম্বগী নুমিদাংগী দৃশ্য)**

[ নুমিদাং ওইরে কনা লৈতরে
নৃত্যশালাদগী খরা লাপ্না
কঙ্ক ঠাকুর তপ্ন-তপ্ন কনাগুম্বা অমবু
ঙাইবগী মওংদা তুমিন্ন লেপ্তুনা লৈ। ]
বৃহন্নলা তুমিন্না চেনশিল্লকই।

বৃহন্নলা - করি পাউ লৈবগে য়াম্বুং?

কঙ্ক ঠাকুর - ইবুংঙো, কীচক সেনাপতি দিগ বিজয় চৎখিবা অদু হল্লকখরে ই-পাউ ফাওনৌ।

বৃহন্নলা - অস! বেরা অমুক থুংলরবা !

কঙ্ক ঠাকুর - ঐখোয়গী লোৎপা মতম থা অনি ফাদরে। নয়াম্বদো মপান থোক্কনু হায়য়ু, অকনবা মীদি শাওং-শাদা অফবা মী উবা য়াদবনি, হেক্তা চাঙয়েং তৌনিংবনি, অদুনা উনদবনা খ্বাইদগী ফৈ হায়য়ু....। অদুগনে শৈরন্ধীগী ওইনসু লুরিবনি......, কীচকনা চংবা য়াদবা মফম লৈতবনি....., লাইনা খনগনুকো ইবুংঙো।

বৃহন্নলা - ফনি য়াম্বুং, চেকশিন্ন শেন্নজগে.......।

**[ কঙ্ক ঠাকুর চৎখিবা বৃহন্নলাসু কোয়েঙ য়েংদুনা চৎখিবা ]**

## (৭) মহারানীগী কা অমা

**[মহারানী থোরকই, ফাল মখোং পানবা অমদা ফম্মী, শৈরন্ধ্রীসু থোরকই।]**

শৈরন্ধ্রী - ঐখোয় রানীগী শম্বুল অসি মওং কয়া তাদরে, ঐ শেমজগে বেনী লোল্লুরা, চুম্মা পুল্লুরা হায়বীয়ু।

রানী - নহাক্না ফনি হায়বা অদু তৌ, ইয়া য়াই। [শৈরন্ধ্রী রানীগী শম্বুল শেম্মী, কীচক তুমিন্ন চংলক্লুনা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ, শৈরন্ধ্রী কীচকপু খংউ উবদা খংনা]

শৈরন্ধ্রী - (খংনা) ইমা! (থুনা ইমুং চংখি)

রানী - (কীচকতা য়েংলগা) হাইমা! কদোমদগীনো নংনা?

কীচক - ইচে, অসি কনানো?

রানী - ইবুংঙো! মীনাই নুপীনি, য়েঙ্ভুনু মী ইকাইখিনি।

কীচক - (ঙক্লা) এ! অসিবু মীনাই নুপী.....। করিগীনো ইচেনা অসুক মশক মতৌ ফজবী অসিবু মীনাই নুপী ওইনা থমলিবা? নাতে চাদে ইচে।

রানী - হায় ইবুংঙো, মীনাই নুপীদা মিৎয়েঙ কারন চনবা হৌনদে ইজং মাঙবা থবক তৌগনু।

কীচক - ইচে, ঐ মসি লৌদবা য়াদে ইচেনা খরা হায়নবীয়ু।

রানী - ইবুংঙো নংসে কীচক সেনাপতি হায়না পৃথিবীদা মশক খংলিবনি। হন্থবা ৱাখল খনগনু, চৎলো চৎলো মহারানীগী কাদ ইকপ্পা ওইরবসু পংলাক লাক্কনু।

কীচক - ইচেনা হায়নবীয়ু য়াদ্রগা ঐনা হৌজিক মহাক অসিবু ফাদুনা পুখ্রগে, কীচকতা কনানা করি তৌবা ঙমগদগে?

রানী - মাঙলে মাঙলে ইবুংঙো, নং নপাঙ্গল কল্লী হায়দুনা মীনাই নুপীবু ফারগা নচে ঐবু বদনাম তৌহল্লগেরা?

কীচক - অদু নৌপ্পানা হায়বদি য়াবীদে !

রানী - (তপ্ন) সে সে ইবুংঙো ইচেনা মাবু থেম্মগা নংগী ননাক্তা পাখোন থারক্কে, মদুদা নংনা থেম নৌদুনা হায়নজরো।

কীচক - (হরাওনা) হো অদুনদুম হেন্ন ফরে ইচে সোইবীরনু

রানী - ফরে- ফরে নং থুনা চংখ্রো, ইচে পাখংলে।

কীচক - থুনা থারকউকো ইচে, থুদ্রবদি ঐ য়ারোই। (কীচক চংখ্রে)

রানী - শৈরন্ধ্রী, চংখ্রে চংখ্রে থোরকলো।

[ শৈরন্ধ্রী কিনা কিনা য়েঙদুনা থোরকই ]

শৈরন্ধ্রী - অসিবু কনানো? মহারানীগী কাদবু নুপানা হেক্তা চংলকলিবা অসিবু দন্দী ফংলোইদ্রাও?

রানী - ইবেম্মা পোকমিন্নবা ইকপ্পানি, অদুনা কোইদদুনা চংলকপনি।

শৈরন্ধ্রী - মহাকপু কৈদৌবগী অসিদা চংলক্লিবনো?

রানী - মহাক ঐখোয়গী সেনাপতিনিনে, নহানমখৈ দিগ বিজয় চংলুবনে, কনথৌবদা পৃথিবীদা লম্বা লৈত্রিবনে।

শৈরন্ধ্রী - অদু মহারানীদা করি হায়বা চংলক্লিবনো?

রানী - মচেনিনা চুম্না উনজনিংদুনা লাকপনিদা।

শৈরন্ধ্রী - মহাক মীংয়েং চুমদে, কিজৈ! মতুংদা চংহনবীরক্কনু।

রানী - ইবেম্মা নহাক্কী ফজবা নশক-নতৌসিদি বেরানি.....। অদু খংদদুনা তৌবনি, ঐহাক্না সমজাইথ্রবনি করিসু তৌরোই...।

শৈরন্ধ্রী - অদু মহাক্কবু করি হায়রম্বগে ?

রানী - হয়েং মহাক্কী উশোপ অমা কংকনি, ইচে লাক্তবা য়াদে হায়রম্বনি। ঙসিরা হয়েংলা পোংচৈ খরদং থিনবীরুবা তাই।

শৈরন্ধ্রী - মদু ঐঙোন্দা থিল্লু হায়বীরক্কনু, ঐদি হান্ননা নুপা কনাগী মফমদা পাখোন থাবীগনু হায়জখিবা অদুনি।

রানি - নহাক্না হায়রিবদুনা মীতোপকী ব্রানিদনা, অসিদি অতোপ্পা নংতে ঐগা হেক পোকমিন্নবা ইকপ্পানিনে। অহানবদা খংনদদুনা মিংয়েং ফৈরুবনি করিসু তৌররোই হায়রিবসিনি। ঙসি থিনগেরা হয়েং থিনগেরা, থিল্লুদবা য়াদবনি।

শৈরন্ধ্রী - ঐদি থিনবা ঙমজরোই হায়জরিবা অসিনি।

রানি - (খংশাও শাওনা) নংনা হায়রিদুবু করিনো? শৈরন্ধ্রী লৈনা লৈনা

রানী ঐনা থিনগদ্রাও? নত্তে, নংগীসিবু সিদা লৈনিংদ্রবগী য়ারাও? (ঙাইহাক তুমিন্ন লৈনে।)
(রানী তপথনা) শাওনু ইবেম্মা নংনা য়াদ্রবদি রানী ঐনা থিল্লুবা তাই, মদু মীনা করিনি হায়নগদগে। সে সে ইবেম্মা নংনা চিংনরগা পোত্তো মাঙ্গোলদা হেক থনম্মু, তাকতি তাকলমু, থুনা হেক লাকউ।

[ শৈরন্ধ্রী কপ্পা ইমুং চংখি ]

রানী - লুখ্রেদা তৌরিবসে......, তৌবা- ঙম্বা ইকপ্পানি, থিলহল্লুদ্রবদি হেন্না কাইবা লাক্কনি.....।

[ মনুং চংখিবা ]

## (৮) চাকশংদা বল্লবকী কা অমা

### (বল্লব চাক্কা মথন্ত খুদম শিংদুনা লৈবা)

বল্লব - ঐগী লোইনবীবু কীচক্কা রাজ সভাদা খোঙপাক্লা কাউরবা ....। নিংথৌনসু করি হায়বা ঙমদবা, ঐনসু করি তৌবা য়াদবা, নংবু অসুম হিংদুনা লৈবা ইকাইদ্রা...... চাকখ্রেদকো.........। (মখুৎ খুদুম্না খুবাক্তা শুজিনবা)আ.......। (লাপ্পা অমুকসু য়েংবা, শৈরন্ধ্রী লাকপা উবদা) এ! বল্লব থুনা ফমুংদা তুমশিন্নবা।

[ শৈরন্ধ্রী কপ্পা - কপ্পা চংলকপা বল্লবকী মতৌ য়েংবা ]

শৈরন্ধ্রী - চাননা তুমলিবরা......., তুমশিন্নরিবরা? (কপ্পা) মশাগী লোইনবীবু মীনা ইকাইবা পীরগা করি খংদবগুম নিঙাইদনা তুমলিবা। খংই লিংজেল পান্দবা মীদি তুমশিন্নগনি..., ও তাবীরিবরা, অমুক্তা মিকপ থোকপীয়ো.....। (খুমলক্তে)... ফরে ফরে তুমদবা মী হৌদোকপা ঙমলোই...., ননাই নুপী শিদ্রিঙৈদা অমুক্তদি ইশক য়েংবীহৌরো...। (কপ্পা)

বল্লব - (বল্লব করি খংদবগুম হৌগংলকপা) করি তৌরে শৈরন্ধ্রী?

শৈরন্ধী - নৈবাক সরা শল্লবা পাউবু করিসু তাদবা! নিঙাইদনা করি তৌরবগে হংলিবা? ঙম্মিদকো ওয়্বোক্লা......।

বল্লব - ইবেম্মা ঐখোয়গী লৈরিবা ফিবম অসিনা করিনো তৌগদবা উপাই লৈতবনিনে শৈরন্ধী।

শৈরন্ধী - ইচিনমক্লা লোইনবীবু শৈরন্ধী হায়রি, ইমাংমক্তা ইশাগী লোইনবীবু মীনা ইকাইবা পীবদা য়েংদুনা লৈরি, অমুক্কসু উপাই লৈতে হায়বা, পামুইদকো হে পুন্সি......।

[ বল্লব খংশাও শাওনা ফুক হৌগংলি ]

বল্লব - (চাক্লা) হে কীচক ...., নহাক হিংদুনা লৈবদু ঐনা য়েংদুনা লৈগদ্রা! তাউনে ইবেম্মা ...., ঐ পাউ হেক তাবদা চাকশংদগী অরোনবা লম্বীদা কীচক লোইশিন্নবা কন্না চেল্লকপনি....। অরোনবা লম্বী অদুদা পাংদ্রবা সাধু ইয়াম্বনা থংলি ...., চাকখ্রেদকো...।

[ বল্লব খুতুম্না মখুবাক্তা শুজিন্দুনা তুবা ]

(শৈরন্ধী য়েংদুনা লৈ, বল্লব হৌগংলক্তে)

শৈরন্ধী - করি মতৌনো সিদি ....., অৱাবদা অৱাবা হাপ্পা হা: কৃষ্ণ মসিবু উবীদ্রবরা (কপ্পা)। ফৈ, মীসু লাইসু ইপুরোইবসু ..... কনা লৈত্রবা ঐদি কনা উদ্রিঙৈদা গঙ্গাগী ইরোন্নুংদা চোঙথদুনা থৱাই কংথ্রগে। (বল্লবতা ওনশিন্দুনা) লৈহৌরোকো অথৌবা..., ইবুংঙোনা কাঙ্খা থাঙ ওইনা তাদুনা লৈরিঙৈদা ননাই নুপী চংখরে, ৱারৌবীগনুকো (খরা চং বল্লবদা অমুক য়েঙ চংলি)

[ বল্লব চেতন লাক্নুনা ফুক থৌগংলকই ]

বল্লব - (শৈবন্ধীবু যেঙলদুনা) ঙাইখো শৈরন্ধী......। শ্রী কৃষ্ণগী কৃপা লাক্লে ঙাইখো...., (শৈরন্ধী চংশিল্লকই) নহাক হয়েং কীচককী মনাক্তা চত্তবা য়াদ্রে।

শৈরন্ধী - এ! ঐবু ইকাইবা পীরবা মীদুগী মনাক্তা চংপা, অদুরা কৃষ্ণগী কৃপা হায়বদো....!

বল্লব - ঙাইখোনে শৈরন্ধ্রী, মখা তাখোনে, নহাক্না কীচকপু মহাক্কী লৈকোন অদুদা কৌথোক্লবা উননবা শিন্দুনা উনরগা পামদনা অপাম শাদুনা ঙসি অহিং অথেংবদা নৃত্যশালাদা ঙাইরমগে লাকপীদবা য়াদে হায়রগা মহাকপু লাকহল্লু, মদুদা ঐনা মাবু লোইশিল্লগে।

শৈরন্ধ্রী - (খরা হন্নানা) ও! মদু ওইবা য়াই, অদুদা থবক অদু লুপ্তেদা করিগুম্বা.....।

বল্লব - ইবেম্মা, ঐ নংবু মশক খংই নংগী হন্নাও মীনোক্তা ঙাওরোইদবা কনা লৈগনি..., মদুদা নংনা হায়বা ব্রা অদু ইল্লোইদবা কনা লৈগনি। ঐবু মখা তাহনগনু, চৎলু মীনা উপ্তবদি অকাইবা লাক্কনি।

শৈরন্ধ্রী - ফরে........., ঐ চৎচরে........।

[ থুনা চৎখিবা ]

## (৯) কীচককী হৈকোল লৈকোল

[শৈরন্ধ্রী চৎলকই, কোইনা কোইনা য়েংঙি]

ইশৈ - বসন্তনা লাকপদা হৈনম লৈনম নুংশিরে
ফুগাইনা শাৎলিবা মলিকা মালতি (২) জাতি সুচিকা
মালংবগী তাম্থা চানবা হাইনা হন্না জগোই শারি
বসন্তনা লাকপদা.......।
মালংবা...... মালংবা...... ও মালংবা
লিরি লিরি শিৎলিবা মালংবা.... মালংবনা
হৈনম লৈনম কোইনা য়েল্লে..........
বসন্তনা লকপদা........।
হা খোইমু খোইরবা..... হাদ খোইমু খ্বাংজেংবা
তম্বীরুচো নুজাগী মপাও .. পামুবগী নাপদা।

[কীচক ঈশৈগী শুর তানা তানা শুন্দ্রংদা য়েংদুনা থোরকই। শৈরন্ধ্রীনা মরুমদা লৈশিল্লি, কিচকনা মনুংদা চংবদা শৈরন্ধ্রীনা মপান্দা থোরকই, লৈনদুনা লৈ ঈশৈগী সুরদি লেপ্পা লৈতে।]

কীচক - (লাংতক্লনা থক্তা য়েংদুনা) কদোমদগী সুরনো তারিবা অসিবু, শৈরন্ধ্রীগী খোঞ্জেলনি, মশক্তী উদে।

ইশৈ - তাদ্রবরা........, তাদ্রবরনে নুজাগী খোঞ্জেল তাদ্রবরা।

কীচক - ও! তারে, তারে...... থোরকলো, ঐ সিদা লৈরে। এ! আ লৈকোন্নুংদা লৈরে।(মনুং চংশিনবা, শৈরন্ধ্রী মপান থোরকপা)

ঈশৈ - বসন্তনা লাকপদা হৈনম লৈনম্না নুংশিরে
ফুগাইনা শাৎলিবা মালিকা মালচি (২) জাতি জুতিকা
মালংবগী তাম্বা চানবা হাইনা হুমনা জগোই শারি
বসন্তনা লাকপদা.......।

কীচক - (থোকলকই) শৈরন্ধ্রী, ঐ সিদা লৈরে থোরকলো...।

শৈরন্ধ্রী - (থোকলকই) ও: ঐ সিদা লৈজরে...., ব্রাফম অমত্তং হায়জগে লাকপনে......, য়াম্না ব্রারৌবীরদ্রাও?

কীচক - শৈরন্ধ্রীনা হায়বদা কীচক্না য়াদবা লৈতে, তোক্লবগী ব্রাফমদি পল্লকনু।

শৈরন্ধ্রী - (কীচককী চীনবান ময়া চংশিন্দুনা কেজনা) তোক্লবগীদমক্তা অসুক ব্রানা লাকচগদ্রাও? (নোকশিল্লি)

কীচব - (নোকচরদুনা) হো অদুনিদনা হায়নিংবা হায়য়ু কীচকনা য়াদবা লৈতে, ঙমলোইদবসু লৈতে।

শৈরন্ধ্রী - ঐগীদি ইপুরোইবা গন্ধর্ব মঙা লৈবনিনা অয়ুক অমদি নুংথিন্দামকা ফোঙবা য়াদেয়ে। (মমিৎ খৎচিনবা)

কীচক - করি গন্ধর্ব! মঙাতা নত্তে, গন্ধর্প লিশিং লিশিং লাকচসনু, কীচক্কী খুতুম অমমমদা তুম্না মুরসা ওইহনগে, মদুগীদি খল্লুনু।

শৈরন্ধ্রী - অদু ওইরবসু অয়ুক নুংথিন্দদি মীমাঙদা ইকাইজেয়ে, অদুনা ঐবু নুংশিবীরবদি ঙসি অহিং অথেংবদা নৃত্যশালাগী মান্দপ মনুংদা ঙাইজরমগে লাকপীবা ঙম্বীগদ্রাও?

কীচক - কীচকতা ঙমদবা হায়বা ৱাফম লৈতে হায়রিসিনি, অদু নংবু শোইদনা লৈরমগদ্রাও?

শৈরন্ধ্রী - লৈরমলোইদবগীবো করিগী লাকচগদৌরিবনো, (নোক্লা) করি ৱাতানো হায়বীরিদুবো? (নোকশিনবা)

কীচক - (হরাওনা) সবাশ ! অদুনিদনা নুপী থোকইদনা......। তাও, লৈবাক অসে কীচক্কী পাম্বোম মখাদা লৈবনে, নিংথৌ অসে ইচেগী মাই য়েংদুনা পালহনবনে, নংনা মহারানী ওইগে হায়রবসু ঙসি হেক্তা কীচক নিংথৌ ওইবা ঙম্মী।

শৈরন্ধ্রী - ননাওদি অদুগুম্বা মিকাবা লৈজদেয়ে.....। [ঙক মিৎচি হায়জিনবদুদা কীচক ঞান মাংদুনা নোকচবা ফাওবা ঙমদনা মুন্ন য়েংদুনা লৈবা] (শৈরন্ধ্রীনা মসি পুমঙাও ঙাহল্লমলগে খন্দনা)

শৈরন্ধ্রী - (লৈকোন্দা খুৎ থিল্লগা)

**ঈশৈ - য়েংঙুনে অথৌবা উশা থক্তা**

**ৱাহোং লাবা অমোম্মা নোইনা নোইনা জগোই শারিবসে।**

কীচক - (মুন্না য়েংলগা)

ঈশৈ - ঙসিদি কীচক্কী হৈকোল লৈকোন্দা প্রকৃতি লাইরেম্বী লেংশিল্লকলে, তুকথবা খুইথবা হৈপাল লৈপাল ঙম্ম ইতেক তেক্লে।

শৈরন্ধ্রী - (ঈশৈ ওইনা খুথেক্কা লোইননা)

ঈশৈ-য়েংঙুনে অথৌবা উশা থক্তা

ৱাহোং লাবা অমোম্মা নোইন নোইন জগোই শারিসে (৩)

কীচক - ঈশৈ ওইনা- নংবু শৈরন্ধ্রীরা......, প্রকৃতিগী লাইরেম্বীরা (২)

শৈরন্ধ্রী - ঐদি শৈরন্ধ্রীনি, প্রকৃতিগী লাইরেম্বী নত্তে (২)

কীচক - কীচক্কী থমোই ঙসি মপুঙ ফারে। শাৎলরে লৈরাং শৈরন্ধ্রীনী।

শৈরন্ধ্রী - ঈশৈ-য়েৎচগে ঐনা উরী ওইনা

লেংদ্রবা উপাল ওইবীয়ু নংনা।

কীচক - (হরাও মপুং ফারদুনা) (নোক্লা) হা হা হা.... য়েৎচৌ য়েৎচৌ ইশা পুম্বা য়েৎচৌ........, উরী নংনা পুময়েৎ য়েৎশিল্লু।

শৈরন্ধ্রী - (হস্থরগা তপ্না) তাবীয়ু অথৌবা! অঙনবদ্দি রানী তুমদবনা ঐ লাকপা ঙমজরোই, অদুনা খরদি থেংনা লাকপীয়ু, ননাও শোইদনা ঙাইজরমগে.......। (শৈরন্ধ্রী থুনা চেনখ্রে)

**[ কীচক য়েংদুনা লৈহৌই ]**

## (১০) নৃত্যশালাগী মান্দব

### অথেংবা অহিংগী মতম

### বল্লব (ভীম) চংলকপা

[বল্লব মন থেংনবগী ফিজোন্দা মথক্তা সাড়ী শেৎশিল্লগা অমম্বদা কোয়েঙ য়েংঙি, থাদুনা লৈবা ফমুঙ অমা উরদুনা চংশিন্দুনা ফমথে, অমুক নুপীগী ফি অমনা ফৈজুপ ওইরগা তুমথদুনা লৈ। কীচক য়াম্না কেনা লাকই, মনুঙদা থোঙ লোল্লবনা মপান্দগী লাউরকই]

কীচক - শৈরন্ধ্রী, থোঙ হাঙদোকউ ঐ লাক্লে।

শৈরন্ধ্রী - (মপান্দা নাথুপতুনা লৈরগা খুমলকই) থোঙ্ অদু নমখাইরগা চংবীরকউ, ঙম্বীদ্রবদি নুপা মান্দে অদুম হনবীখরো ......।

কীচক - হেরা! ঐ কীচকনে, থোঙ্ মচা অমা নমখাইববু অরুবা থবকলাউ।(থোঙ্ কাউথরকই, হ্মাই তেক্তুনা তারকই, কীচক মান্দব মনুং চংলকই)। শৈরন্ধ্রী নংবু কদাইদা লৈবগে?

শৈরন্ধ্রী - ঐ ফমুংদা লৈজরে, চংশিনবীরকলো।

কীচক - (তপ্ন তপ্না ফমুংলোমদা চংশিল্লকই) শৈরন্ধ্রী ঐনা নঙোন্দা থোঙ্পাক্লা কাউখিবা অদু য়াম্না নিঙমদরে ......, মদুগী মহুৎ ওইনা নংনা ঐঙোন্দা লৈজবী থাদুনা অহুমলক কাওজরো অদুগা শক্নরসি।

শৈরন্ধ্রী - অদু য়াম্না নাবীরোইদ্রাউ?

কীচক - হেরা নুপী মচা অমনা কীচক্তা কাউজববু করিগী নারুদগে সে নংনা ঙমজবী থাদুনা কাউজরকউ। (ফম্মাংদা খুউ লৈতানা কুল্লগা সন শাদুনা লৈপ্রে।)

শৈরন্ধ্রী - অদুদি কাউজবা তারেনে, দোষ তৌবীনুকো।

কীচক - দোষ লৈতে ইবেম্মা, কীচক্কী য়াথংনি কাউজরো।

বল্লব - হৌগৎলগা কীচক্কী লুশম ময়াদা কন্না কাউথবা।

কীচক - (য়াম্না নাদুনা) অস! (খাংবা) মসিবু নুপীরানে !!

শৈরন্ধ্রী - য়াম্না নাবীগদৌবা ওইরবদি তোকচরগে?

কীচক - (খাংলগা) করিসু নাদেদা মশিং শুনবা কাউজরো।

বল্লব - (অমুক্কসু খা চিক্কুনা কাওথবা)

কীচক - (নামনখিদুনা মমিৎ তন্দন পাইদুনা) অস: হুম মসি .....।

শৈরন্ধ্রী - য়াম্না নাবীরগনা তপ্না কাউজরগে।

কীচক - (খাংলগা) নাদেদা, অরোইবা অসি ঙমজবীদা কাওথজরো।

বল্লব - (ইল্লিবা সাড়ি অদু লৌথোক্লগা) লৈজবীদা কাউথরকই।

(কীচক জ্ঞান মাঙদুনা মমিৎ তন্দন পাইদুনা লৈ, বল্লবনা খুৎলৈ থুনা কীচক্কী চুবাদা চাউরবা খুৎতুম অদুনা বোব থাজিল্লি, কীচক তুই, খংপ্রেক খংনা) হায়! নং কনানো? খংনি, ঙসি (ফুক হৌগৎলি ফি শেম্মী) বল্লবনা খুতুম মথং মথং লৌথরকই, কীচক্কী মখুৎ নামনা ঙাক্ই।

কীচক - হেরা, নংবু কনানোনে?

বল্লব - ঐ গর্ন্ধপনি নংবু লোইশিনবা লাক্লিবনি ......।

কীচক - ফৈ, ঐ নংবু ঙাইরিবনি..., ঙসিদি নংবু ঙস্তা লোইশিনবীরগে।

[অনি অদু অঙকপা ফংনা থোমজিন্নে ....., ঙাকথোকনৈ বল্লবনা হান্না ফিবম চেৎখিবনা মরুওইনা শাওবা হেনখিবনা খর-খর লাকচরপ তৌই, অদুবু বল্লব কীচকনা খা চিক্কুনা শাফু কন্না থোমজিল্লক্কুনা বল্লবপু সাকশিল্লকই। বল্লব কী মখুৎ ফাদুনা কন্না ইনশিল্লক্কুনা মান্দবকী ফকলাঙ্দা ঙকথি চপতুনা থম্মী। কুম্মে য়েংলিবী শৈরন্ধ্রী ৱাজে, অদুবু কল্লবা বল্লবনা মখোঙ্ য়েংনা কীচকপু কন্না কাওথোরকই, কীচক লোংনা তাই। বল্লবনা নমশিল্লি, অমুক কীচকনা ওনখৎলি, বল্লবনা

অমুক ওনখৎলি অনি অদু থরো থরো ওন্নদুনা নমনৈ।

**[ বৃহন্নলা পুঙ্ কন্ন কন্ন য়েদুনা লৈ।]**

ফুনবগী মখোল অদু পুংলোল অদুনা তাহন্দে, অনি অদু অমুক ফুক-ফুক হৌগৎনৈ। কিন্না খুতুম্না থিনথৎনৈ, কাউথৎনৈ, মমৈথংদা কীচকী ফিবম চেৎহৌদবগা করিগা পাদুনা পাঙ্গল হন্থরকখি। বল্লবতি পাঙ্গল হনবগী মহুত্তা হেঙ্গৎলক্তুনা শাফু কনখৎলকই। বল্লব (ভীম) অসিগী ময়ামদগী হেনবদি কুইর কুইরগা মরুওইনা মাইথিবা নংবগী ফিবম হেক লাকপদা পাঙ্গল হন্দবা অহোইননা হেরা হায়দুনা শাফু হেঙ্গৎলকপা অসিনি।

অসুম্না অরোইবা পুঙফমদা বল্লবনা কীচকপু লাকশিন্দুনা কোল্লগা উরু উরু লৈদুনা হাইরকই অদুগা লৈমাইদা থাদে।

কীচক জ্ঞান মাংদুনা লোঙ্না তাদুনা লৈ, বল্লবনা থুনা চোংশিন্দুনা কীচকপু উপহল্লগা ময়াংলেন্দা খুউ অনিনা কন্না নম্মগা মখুৎ অনি অদুনা খুরক চল্লগা কীচককী মঙক অদু লোঙ্না থেক্কৎলি। কীচকী য়াঙ্লেন শরু অদু পোক তেকই, কীচক থব্রাই থারে ....।

বল্লব - (কীচকী নাকোঙ্দা) হায় কীচক, নংবু কনানা হাৎপনো হায়না যম নিংথৌনা হংলক্লবদি পান্দবকী ভীমসেন্না হাৎপনি হায়না তম্মু নত্রবদি নং নরক তাগনি।

**[ শৈরন্ধ্রী চেনখ্রে ...., পুঙ্লোনসু তাখিদরে ]**

## (১১) কোনুং মনুংগী কা অমা

**(কক অয়োনবা অমগী মথক্তা করাংজি থাই।
বিরাট নিংথৌ নিংবা কাইনা চংলকই,
করাংজি কিদাদা কমথে। কঙ্ক ঠাকুর চংলকই।)**

কঙ্ক ঠাকুর - (খুৎ থাঙ্গৎতুনা) ইতাউ মহারাজ পুক্লিং থোইনা ৱাবীগনু।

বিরাত নিংথৌ - ইতাউ কঙ্ক লোইরে ঐ....।

কঙ্ক ঠাকুর - লোইরে হায়হেদে ইতাউ, অনাবগীসু হিদাক লৈবগুম পুক্লিং নুঙাইতবগীসু পুক্লিং হন্থবগী মহত্তা কোক্লনবা উপাই খন্নসি....।

বিরাট নিংথৌ - (কঙ্কবু য়েংদুনা) ইতাউ! শামু লশা তরাগী পাঙ্গল কনবা সেনাপতি কীচক, লোইননা কন-থৌরবা মনাওনুপা মরিফুতরা মাপলবুসু লোইনা গন্ধর্পনা তুম্না হাৎখ্রে, অসিদবু বিরাট নিংথৌ করি ওইরদগে। (কপ্পা) শৈরন্ধ্রীবু থম্বীরুবনা গন্ধর্পগী ফত্তবা দৃষ্টি চংলে অদুনা মহাক অসিবু তাম্থোকখ্রগা ইংলগদ্রা খল্লে।

কঙ্ক ঠাকুর - পুক্লিং তপথবীয়ু মহারাজ! অশাবা য়োৎপু অইংবা য়োৎনা ককথৎপা ঙস্বগুম পুক্লিং চনিং তানা মখাগী থৌরম খন্নসি।

বিরাট নিংথৌ - কল্লকপা অমদি য়েংক্রুবনা লঙ্গোই চল্লরগনি, গন্ধর্পগী ফত্তবা মিৎয়েং কোক্লনবা শৈরন্ধ্রী থাদোকখিবা তাই।

কঙ্ক ঠাকুর - ইতাউনা শৈরন্ধ্রীদা য়াম্না শাওরিবা অদু খন্নসি, গন্ধর্পগী ৱাফমসু নৈনসি, ইতাউ পুক্লিং চনিং তাবীয়ু। শাওবীনু, গন্ধর্পনা কীচক হাৎপদি মীগী মপুরোইবা লৈবী নুপীবু নমদুনা খুদুম চন্নবা হোৎনরুবগী মহেনি। অদুগা কীচককী মনাওনুপা মরিফুতরামাপল অদুনসু শৈরন্ধ্রীবু পর পুরুষকী সংস্কারদা হিংনা হিংনা মৈ থানবা থৌরাং তৌরুবগী ফলনি.......। মসিদা অমুক্তা শৈরন্ধ্রীবু তানথোকলুরবদি হেন্না খুদোং চারোই, কোনুংদা দৃষ্টি চংলক্কনি।

বিরাট নিংথৌ - ইতাউ! ঐনা শৈরন্ধ্রীবু থোইনা শাওরুবগী ৱা নংতে, শৈরন্ধ্রীগা লাপথোক্লরবদি গন্ধর্পসু লাক্লরোইদ্রা হায়বসিনি।

কঙ্ক ঠাকুর - ইতাউ মহারাজগী ৱাফম অদুদি গন্ধর্পগা লাপথোক্লবগী মহুৎতা গন্ধর্পগা য়েক্লনবা থৌশিল তাগনি। খস্থবীয়ু, শৈরন্ধ্রীবু লুনা তৌরবদি বিরাট লৈবাক অসি গন্ধর্পনা অদুম ঙাক-শেল্লগনি, মরম অসিনা শৈরন্ধ্রী তানথোকপগী মহুৎতা লুনা থম্বনা নিংথৌ অমদি লৈবাক্কী য়াইফবা ওইগনি হায়জবনি।

বিরাট নিংথৌ - ইতাউনা হায়রিবদুসু চুমদে হায়বা য়াদে। (মকোক পাইরগা) ৱাখ্রেদা...., সেনাপতি লৈত্রবদা কনানা সেনিক সঞ্চার তৌবীগনি.....।

কঙ্ক ঠাকুর - ইতাউ মহারাজ, কঙ্ক ব্রহ্মননি অদুবু ব্রহ্মন ওইবা দ্রোনাচার্য গুরুগী শিষ্যনি, ঐহাক ধনু বিদ্যা মরুওইনা সৈনিক সঞ্চার বিধি ফজনা খংজৈ........, মসি খংবনা যুধিষ্টির মহারাজনা লানগী মতাং মতাংদা লাম্মীগী সঞ্চার হেক হেক তৌহল্লী।

বিরাট নিংথৌ - ইতাউবু ধনু বিদ্যা হৈবীবরনে?

কঙ্ক ঠাকুর - ইতাউ! খরা হৈজৈ অদুবু সেন্য সঞ্চারদি ফজনা খংজৈ। ইতাউ মহারাজ লান শোক্লবদি যোধাশিংনা শোক্লজবনি, লুরিবদি সৈনা সঞ্চারনি, পাসা খেলাগী মনুংদা শত্রংদা অকনবা সেনাপতিনি হায়দুনা হিগী লম্বীদা চোংশিল্লুরবদি ঈরাক্লদুনা শিরিবা অদুনি। শগোলনা চোংবা হৈ হায়দুনা শামুগী মাঙদা চোংশিল্লুরবদি শামুনা নেৎখিবা তাই....। নিংথৌনি হায়দুনা খোঙলোই য়াওদনা লাঞ্জংলবদি মীগী সেনানা লাঙ্গোই চল্লিবা অদুনি।

বিরাট নিংথৌ - এ! ইতাউদি খরদি হৈবা জাৎনিদনা.....।

কঙ্ক ঠাকুর - ইতাউগী চেঙ চাদুনা লৈবা কঙ্ক, ইতাউগী লমন শিংগনি, ঈতাউদা শাফু কন্না ফুজিল্লকপা নিংথৌ নাকোইননা থম্বা

সেনানা ফাদুনা ইতাউদা লাল্লে হায়জহনগনি নত্রগা চেলহনখিগনি।

বিরাট নিংথৌ - পেল্লে ইতাউ! ইতাউনা হায়বা য়াজগে.......। শৈরন্ধ্রীবুসু থাদোক্লরোই, মতাঙ মতাঙ লাকপদা ইতাউনা তেংবাঙবীয়ু, ইতাউনা শিনবা য়াজরে।

কঙ্ক ঠাকুর - ফরে ইতাউ! ইংনা পোৎথাবীরো........।

**[ কঙ্ক ঠাকুর চৎখিবা, নিংথৌসু মনুং চংখিবা ]**

## (১২) দুর্যোধনগী কোনুংগী কা অমা

**(দুর্যোধন থোরকই, সোফাদা ফমথে, শকুনি থোরকই।)**

দুর্যোধন - মামা! পান্দব মঙানা চহি তরানিথোই বন চৎলগা চহি অমনা লোৎপা, মদুদা ঐখোয়না থিবা খংলগনা খোংচৎ অমুক হনবা হায়না হায়নবা অদু ঐখোয়না থিবা ফংহৌদবনা বিরাত্তা ফোংগ্রেদো।

শকুনি - মামসু লোইনা তারে......। হৌপ্রবা ৱারী কান্নদে, মখা কমদৌবা হায়বা অদু খন্নসি।

দুর্যোধন - (খন্থরগা) অমত্তসু নত্তবা ......, নুপী অমগা কোন্নন মখোই তরুকনি। য়াম্না ঙক্লিবদি ভীমদি শকলোন কয়া শেমলবসু মাগী শাবান, শাওং শাদা অদুনা হেক উবদা হেক্তা খংগদবা মীওইনি।

শকুনি - ইবুংঙো! বিরাটকী কীচক, কনবদা পৃথিবীদা লম্বা লৈত্রিবনি, অদুগা মনাওনুপা মরিফুতরা মাপল অদুসু অকল-অথৌ ঙাক্তনি, অদুনা কিদুনা মমুৎ তানা থিবা ঙমলক্তবা ওইরমগনি। অদু লোইনা হাৎখ্রবনিনা হৌজিক বিরাট করিসু ওইদ্রে।

দুর্যোধন - মামনা হায়রিবদু নমাকসু য়ানিংঙি। অদুবু মামা, মখা অসি করম্বা ফিভমদা লাকপা য়াই?

শকুনি - ইবুংঙো, কৃষ্ণনা শিল- লাংদুনা লম নিরবা য়াই, সন্ধি তৌনরসি হায়না থেমলবা য়াই, মদু ঐখোয়না হেক য়াবীদ্রগা লোইরে।

দুর্যোধন - অদুনি মামা! ঐগা মামগসি ৱাখল ইচান চানৈ। মামগী মপান্ননি দুর্যোধননা পন্দব মঙাবু হাহাকার লাউবমখৈ ৱাহনবা ঙম্লিবনি। কৃষ্ণ অসি পান্দব মঙাগী ফনবতা খল্লি, অতৈ খংদে মসিগী লাই অসি দুর্যোধনগীদি নাকনচাবী শনি ওইরি। ঐহাক কৃষ্ণনা হায়বতদি ময়াররোই।

শকুনি - অদুনদি করি থোক্লবা য়াই?

দুর্যোধন - মামা! মহাভারতকী অচৌবা লাঞ্জাও অমা থেংনবা তারে।

শকুনি - হো! অদুগী শেম শারো।

দুর্যোধন - মামা নমাক করিসু কিবা লৈতে। অদু ভীম, আর্জুনতংদি খিতং ফরক তাবি......।

শকুনি - আর্জুননা ফনা হৈদুনসু কর্ণবু হাংপা ঙমলোই। কর্ণ হায়বসি পোক্লকপদা মশাদা খুৎলাই চংদবা কবচ কুন্দল লোইনরক্লিবনি, হৈবদসু পরশুরামগী শিষ্যনি। আর্জুনদি পরসুরামগী শিষ্যগী শিষ্যনি, থাক মান্নদে। কর্ণগী তেন কাপ্পগী শাফু পৃথিবীনা কিনরিবনি, মশাদা খুৎলাই চংদবা মীবু খুৎলাই চংবা কনানা হাংপা ঙমগনি।

দুর্যোধন - চুস্মী মামা, আর্জুন অমা চিংননিঙাই ওইদ্রে অদু.........।

শকুনি - ভীম লোইশিন্নবা ৱাদি মুনা তাও-
ভীম পাঙ্গল কনবগী ৱাতনি, গদা বাক অমদি ধনু বিদ্যাদা থোইনা হৈবা নত্তে হায়বসি নহাক্লসু খংলবনি, ভীমনা ভিষ্ম, দ্রোন অমদি কর্ণাদা করিসু তৌবা ঙমলোই। চুমই, ভীষ্ম দ্রোননা নুংশিবা লৈবনা ভীমবু হাংপীদবা য়াই, অদুবু ৱাম্বদরবদি লৈহৌ হায়বা য়ারোইদবা মীওই অমা ওইবনা শোইদনা ভীম মতেক মতেক ৱাম্ববা লৈগনি। অদুগুম্বা মতম, তাল্লক- তাল্লক অদুদা নংগী ননাওনুপা মরিফুতরামাপল অদুনা তরা থাজিন, কুন-কুম্বা

থাজিন তৌরগা ভীমবু য়াম্না কোম্না হাত্তোকহনগদবনি। অতৈদি হায়রুনু ঋাম্বদুনা তুরিবা মীদা খুৎলাই থাও হায়বা য়ারকলোই। মসি ভীম হাৎনবা অফবা মন্ত্রনি খংউ।

দুর্যোধন - (হরাওনা) চুম্মী, মামগী মন্ত্রসি শিদ্ধ পানবা য়াই।

শকুনি - ঐঙোন্দগী হেন্না কনবা মীনা গদা থারকলবদি মদু ঙাকপদা নোপ্পা য়াই, তুশিনবা য়াই, মদু তৌবগী মহুৎতা থুনা নাকন্দা শৎ লৈথোক্লগা মাগী গদা অদু ফুথরবদি, য়েথরবদি অকনবা অদুগী গদা অদু মখুত্তগী শোইদনা তাগনি, মদুদা থোমগাইহৌগদবনি, কাউগনু.........।

দুর্যোধন - চুম্মী !

থাগৎচরি মামা, মামগী মন্ত্র অনি অসিবু খঙ্গুনা শিজিন্নরবদি ভীমদি ঙস্তানা শিরেনা.........।

শকুনি - অদুনিনে ইবুংঙো......

শামুবু অপংবা কনানা মায়োক্লরুগদগে, লৌশিংনা শামু ফাগদবনিনে।

দুর্যোধন - সাবাশ........, সাবাশ..., ঐ ভীমবু করিসু কিবা, চিংনবা লৈত্রে....। মহাভারতকী লাঞ্জাও শোইদ্রে মামা...., অদুগা মীচং খোমহৌনবা লানগী বার্তন তৌবা থারগে.........। মামা লেংবীরো..., পোৎথাবীনবা......, লেংথোক্লসি।

**[ দুর্যোধন থুনা চৎখিবা, শকুনিসু থোকখিবা ]**

# (১৩) কর্ণগী সুয পুজা লম্বী

[নার্দ মুনি চংলকই]

নার্দ মুনি - নারায়ন........, নারায়ন......., নারায়ন ......।

[ কর্ণ লাই খুরুম্বগী ফিজোন্দা ঈশিং খুজাই পাইদুনা লাকই ]

কর্ণ - (খুৎ লোন্নদুনা) নমস্তে মাহামুনি....।

নার্দ মুনি - নারায়ন......., নারায়ন মঙ্গল হো কর্ণ।

কর্ণ - মহামুনি! কর্ণদা করি তাকপিগদবা, সুর্য পুজাদগী হল্লকপনিনা করি কৎচৌ হায়রীবা?

নার্দ মুনি - নার্দ মুনি ঐহাক কর্ণদগী দান লৌবা লাকপা নৎতে, নংগী দানগী মহৈ থিনবা লাকপনি।

কর্ণ - মহামুনিগী ৱাফম অসি ভাপ তানবা মচা খাইনা অমুক্তা তাকপিয়ু।

নার্দ মুনি - সিনিদা কর্ণ, নহাক্না নুমিৎ খুদিংগী সুর্য থোক্লীউৈদগী হৌরগা থোকলকপা মতম ফাউবদা সুর্য পুজা কৎচরিবা অসি মতম কুইরক্লে, অদুনা সুর্য দেবনা নার্দা মুনি ঐবু পুজাগী মহৈ অদু থিল্লুচো হায়দুনা থারকপনি।

কর্ণ - নুঙাইজরেদা মহামুনি, কর্ণনা কৎচরিবা পুজাদি ইমা মশক খংজগে নিজবনি, অদু মহামুনিদি খংবীরমলগনি। তাকপীরো মহামুনি...., কর্ণগী অশেংবা ইমা কনানো?

নার্দ মুনি - নহাক্কী ইমা অদু পুরকপনি, অদুবু মহাক্না লানখিবা লৈবনা ননাক্তা চংবা ঙমদনা লম্বীদা লৈরি।

কর্ণ - মহামুনি মমানবু মচাদা লানবা হৌনদে, কদাইগী লম্বীদনো, কর্ণ চৎতুনা খুরুমজরুগে.........। (কপ্পা)

মতম অসুক কুইরবা ফাওবদা কর্ণ ঐবু ইমানি তাকপীদবা, কল্লিদকো ইমা নংগী থমোই.....। (কপ্পী)

নার্দ মুনি - ইমাদো কর্ণ নংনা হায়রক্কদবা ৱাহৈ অদু খংবনা থৌনা ফনা মচাগী মনাক্তা চংলকপা ঙমদবনি।

কর্ণ - কর্ণ ঐনা করি লানখিদুনা ইমানা নচা ঐবু লৎনবীরিবগেনে ইমা .......। (মখোন থোক্লা কপ্লী)

[ মুনিসু নুংঙাইতনা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ ]

নার্দ মুনি - (কপ্লি কপ্লি) নার্দ মুনি ঐবু কপহনবা ঙম্বদি কর্ণ নহাক্তনি....। অঙকপনি, ভগবান নংগী লিলা, মমাগী বাসলৎ প্রেম অদুদগী মচাগী মাত প্রেমনা কনবা হেনবা অসি ঙসিখক্তংং থেংনজবি.....। (পুক্লিং ফাথরগা) কপকনু কর্ণ, ঐ নংগী বংশাবলি লীগে তাও, নংনা কপ্লবদি ঐ লীবা ঙমলোইদৌবি।

কর্ণ - (পুক্লিং ফাথরগা) তাকপীযু মহামুনি! কর্ণ কনলো? ইমা মশক খংজদবতা নৎতনা ইপাসু মশক খংজদ্রিবনি....., লীবীরো কর্ণগী বংশাবলী।

নার্দ মুনি - নহাক্কী ইমা অদুনা যুবতি ওইবা লৈশারিঙৈদা কোনো মখু অমা পাইরগা স্নান চৎপদা গঙ্গা তুরেন মপান্দ। লেপ্লুনা লৈবদা তবং তরং থোকলকপা সুর্যদেবু উবদা দুর্বাসা মুনিনা পীবম্বা আকর্ষণ মন্ত্র অমা সুর্য দেবদা চাংয়েং তৌরুবদা তন্দনা সুর্যদেব কুমথক্লুনা মচানুপা অমা পোকচরো হায়বা বর পীবীরে। ইমা অদুনা, যুবতিনা ইচা ফংলবদি মীয়াম্না করি হায়ননি হাযনা কপচরবদা......... সুর্যদেবনা খুদক্তা নংবু পোকহন্দুনা পুরকলিবা কোরি চক্র অদুদা হাপলগা মখুম চেৎনা খুমদুনা গঙ্গাগী ঈচেন্দা তাউথহল্লকখি, মদু শুদ্ররাধানা ফংজদুনা মচা ওইনা নংবু য়োকখিবনি......। ইমানা নংগী লিখুন খংবনিনা নংবু উব খুদিং লোন্না লোন্না কপলি, মসি নহাক্কী খংলমলোই...., অসিতসু নত্তে ব্রাবী মখা লৈরি।

কর্ণ - অসুক থমোই শোক্লবা ব্রারী অসিগীসু মখা লৈরিববনে মহামুনি।

নার্দ মুনি - লৈরি, খংনিংলবদি মপুং ফানা খংলো।

কর্ণ - ফনি মহামুনি, মপুং ফানা লিথবীরো।

নার্দ মুনি - তাও কর্ণ, সুর্যগী খোংচৎ মতুংইন্না থাগী খোংচৎ অসিমসু লোইনদুনা চৎলি। হৌজিক সুর্যগী খোঙচৎনা লাইগী ওইনা থমলগা থাগী

খোংচংনা মীগী খোংচং ওইনা হায়বদি মীগী থাপালোন ওইনা পানরি অসি ওইদুনসু সৌর মাসকী লিখুন্দী হুন্দোকপা য়াদনা পানরি মরম অসিনা কর্ণ সূর্যগী মতুং থানা ইন্নরকলি।

কর্ণ - চুম্মী মহামুনি! মীনা নুমিৎ, থা হায়না হায়নরি। অদু মহামুনিনা কর্ণদা তাকপীনিংলিবা অসিবু করিনো ময়েক শেংনা তাকপীয়ু।

নার্দ মুনি কর্ণ, নহাক্না ঐগী ৱাবু ৱাকোই ওইনা খল্লবনিনা শম্ম হেক্তা হায়বগে।

কর্ণ - ফনি মহামুনি।

নার্দ মুনি তাও কর্ণ, নংগী ইমানা নহাক পোকপগী থৌরম লোইরদুনা য়ুমদা চংলগে হেক থৌরাংবদা অবাহন তৌরুবা লৈতনা হায়বদি কৌরুবা নিংশিংলুবা লৈতনা চন্দ্রদেব কুমলক্তুনা ইমাদা নচা নুপা অমা ফংজরো হায়না বোর পীবীরে, তন্দন মচা নুপা অমসু ফংলে।

কর্ণ - ঙক্ল এ! অঙকপা লাইগী ৱারিনি মুনিদেব।

নার্দ মুনি - অসিগুম্বা লাইগী অঙকপা ৱারী অসিদা ইমাদি পুমঙক্ ঙক্তুনা কপলম্মী.......।

কর্ণ - মখা হায়থবীরো মহামুনি, য়াম্না লুরবা তানফম অমা অমুক ওইরে।

নার্দ মুনি - চন্দ্রদেবনা হায়রকই- ইবেম্মা সূর্যদেবগী খোংচত্তা চন্দ্রদেব ঐহাক ইল্লক্তবা য়াদদুনা লাকপনি, নঙোন্দা হেন্না অৱাবা পীদনবা পোক্লিবা ইচানুপা অসি ঐনা পুখ্রগে, অসি হায়দুনা পুখরে।

কর্ণ - ঙক্ল এ! মখা কমদৌবা মহামুনি?

নার্দ মুনি - মখা হায়ববু অঙাং অদু তাইবং কনা খংদনা পোকপনি অদুগী মথক্তা মপানা অদুম পুখ্রবনিনা তাইবং কনাদসু মাগী ৱারী লৈতরে, অঙাং অদু ইমাগী অনিশুবা মচানি মমিংনা ইন্দু কৌই, কর্ণ নংগীদি ইনাওনুপানি।

কর্ণ - (মুন্না খল্লরগা) কর্ণগী খংদবা ৱারীদা হেন্না খংদবা ৱারী অমসু লৈরমলি.....। মহামুনি! কর্ণগী পুন্সিদি পাখোঙ অমা ওইরে.......।

নার্দ মুনি - চুমই কর্ণ, কর্ণগী পুন্সিদি পাখোঙ অমনি, পাখোং অদু মহাভারতকী লান লোইরবা মতুংদা ফোঙলগনি।

কর্ণ - মুনিনা চানবীদুনা কর্ণগী বংশাবলী লিবীরে। ফরে, ঐহাক ইমাদ দোশ তৌজররোই........., তাকপীরো ইমা অদু ঐ খুরুমজরুরগে।

নার্দ মুনি - ফরে ফরে কর্ণ, অদু নং ইমাগী পুক্নিং নুংশিগদবা ব্বাতাদি হায়গনুকো........।

কর্ণ - মহামুনিগী য়াথং ইনজরগে।

নার্দ মুনি - কর্ণ নংবু উননবা নংগী অপোকপী ইমা অদুমক্তা নংগী লন্বী অসিদা ঙসাইদগী ঙাইদুনা লৈরে, উনরুরো......।

**[ নার্দ মুনি থুনা চংখরে, কর্ণ য়েংদুনা লৈ,**
**কুন্তি লু লুকথনা চংলকই। ]**

কর্ণ - (মমাবু উবদা) মঙা পোকপী ইমা খুরুমজরি, (খুৎ লোন্নবা) করি তাকপীগদবা লৈবগে, করি কৎচগনি হায়বীয়ু।

কুন্তি - (কপ্লা) কর্ণ। নং অসে ইমানা হেক পোকচবা ইচাপুনা অহলনি, নং ইমাবু ব্বারৌগনু। (কপ্লা) ঐনা যুবতি ওইরিঙৈদা পোকপা ওইবনা মীমাঙদা ইকাইবা নংগনি কিজবনা ঙসি ফাওবদা ইচাবু ইচানি তাকতবা লাইবক থীরবী নমা ঐনি...., ইমাবু করি ওইরসিগেনে, ইমাগী কর্ণ....।

**[মখোন থোক্লা কপ্পী, কর্ণসু কপ্পী]**

কর্ণ - (কপ্লা) পোকপদগী ইমা মশক খংজদ্রবা নচা ঐবু ঙসি ইমানা থিবীরকপা ....., অপোকপী ইমামকনি তাকপীরিবা অসিতনা নচাগী অপেনবা ওইজরে ইমা.........। (কপ্লি)

**'ভুমিত গরিয়সি মাতা স্বর্গ উচ্চতর পিতা**
**জননি জন্মভুমিচ্চ স্বর্গাদপি গরিয়সি'**

ইমানা পৃথিদগীসু হেন্না লুমই, স্বর্গদগীসু ইপানা ব্বাংই। অদুবু ইমাদি পৃথি অমদি স্বর্গ অনিমক্তগী হেল্লিবনি। নমঃনমঃ ইমা নচানা খুরুমজরি। (মখুৎ লোন্নবা)

কুন্তি - যুধিষ্টির, ভীম, আর্জুন, নকুল, সহদেব পুম্নমক নংগী ননাও ঙাক্তনি। ইমানা তাক্তবনা খংনদদুনা অর্জুননা নংগা অমনা অমবু হাৎকনি ৱাশক্লরে হায়বা তারে, মতাং অসি য়ৌরবা ফাওবদা ইমানা নংবু ইচানি তাক্তবা ঙমগদরনে কর্ণ? নং ইমাবু ৱারৌগনুকো ......।

কর্ণ - ৱারৌজদ্রে ইমা, ৱারৌজদে......। ৱারৌবীনু ইমা, আর্জুনবু ইনাওনি খংদবনা তৌরুবনি, মহাক্লসু কর্ণ ময়াম্বনি খংদবনা তৌবনি, হৌজিক লুরিবদি কর্ণ থৱাই থাদোকপদি ঙশ্মী, অদুগা ৱাশক কাইবদি ঙমদে অসিনি।

কুন্তি - মদু পুম্নমক ইমাগী দোষনি, ইমা করিসু হায়রোই অদুবুনে কর্ণ, লানফমদা আর্জুন নত্তনা ননাও মরিগী থৱাইতদি কল্লকউকো কর্ণ।

কর্ণ - ইমাগী য়াথং লৈখা তাহনজরোই, লানফমদা ইনাও মরিগী থৱাই শোইদনা কল্লক্কে, ইমা নচা কর্ণবু থাজবীয়ু, অদু ওইরবদি ইমাগী ইচা মরিদা আর্জুন নত্রগা ঐ শোইদনা য়াওদুনা ইমাগী ইচা মঙা লৈগনি।

কুন্তি - ফরে ইবুংঙো, ইমানা নংগী মফমদগী ননাও মরিগী থৱাই নিরে অদু নংনসু ইমাদগী করিনো অমতংদি নিয়ু।

কর্ণ - ফনি ইমা, নচানা নিজনিংবা অমতং লৈ।

কুন্তি - করিনো চিংনদনা হায়য়ু, ইমা থৱায় থারবসু য়ারে..।

কর্ণ - অদুগুম্বা ৱা হায়বীনু ইমা, নচানা হায়জগদবা অতৈ করিসু নৎতে, মহাভারতকী লান অসি লোইদ্রিবা ফাওবদা কর্ণ ইনাও মঙাগী ময়াম্বনি হায়বা ৱাফম অসিতদি ইনাওশিং অমদি কনাদসু হায়দোকপীগনু ইমা।

কুন্তি - ইবুংঙো, খংনদ্রিঙৈনা খংনদ্রিঙৈনি, হৌজিক খংনরবা মতম অসিদবু করি কাইবা লৈবগেনে ইবুংঙো ?

কর্ণ - য়াম্না কাইবা লৈ ইমা, ইনাওশিং মরুওইনা যুধিষ্টিরনা কর্ণবু ময়াম্বনি হেক খংবদা লানগী অশা কাইরে, ঐঙোন্দতা অশা থমজবা ইতাউ

দুর্যোধনগী থমোই কাইরগনি। ইমা, মহাভারতকী লান শ্রী কৃষ্ণগী লিলানি, পৃথিমাতাগী অরুম্বা ভার লৌথোক্লবা লালনি, মসিদা লান কাইরবদি পৃথিমাতাগী ভার লৌথোকপা ঙমলরোই, শ্রীকৃষ্ণগী লিলাসু পুমকাই কাইরগনি অসিনা হায়জবনি।

কুন্তি - চুম্মী, ইচানা হায়বা ইমানা মহাভারতকী লান হেক লোইদ্রিবা ফাওবদা ব্রাফম অসি কনাদসু হায়দোক্লরোই।

কর্ণ - য়াম্না নুঙাইজরে ইমা, পেনসু পেঞ্জরে, অদু ইমা ইনাও মরিগী মৃতুশর অদু নচাগী য়ুমদা লৈ, মদু ইমাদা শিন্নজরগে অদুগা নমৌ অমদি নশুশিংগসু শকখং মাইখংনরুসি, ঐগী অন্তপুরদা লেংশিল্লসি ইমা......।

কুন্তি - ফরে ফরে, ইবুংঙো! ইমাসু ইমৌ অমদি ইশুগী মশক উনিংঙি। মবোক্কী সেবা ইশুনা তৌহনগনি.....।

**[ কর্ণনা মাং থাবা, কুন্তিনা তুংদা অন্তপুরদা চংগ্রে ]**

## (১৪) অরোইবা শরুক

### পান্দবশিংগী মহাপ্রস্থান - ১

**[পান্দব মঙা যুযুতসু অমদি দ্রৌপদী + সত্যভামা কাংলুপ অনি থোক্লা ফমনদুনা লৈ]**

যুধিষ্ঠির - (হৌগৎলি) ইনাওশা, ইবেম্মশা, মহাভারতকী লান লোইরে। ওজা-গুরু, ইপা-ইপু, ইধৌ, ইচিল-ইনাও, ইপা-ইচা, মরুপ-মপাঙ, তুমনা হাৎলগা ইয়াম্বনা নিংথৌ ওইরে। ভারত অসি মকোক মরু পুম্নমক লোইনা তুমলে, ইয়াম্বনা মীহাৎপগী মকোকনি, অদুনা ইয়াম্বসি অশিবশিংগী নিংথৌ ওইরে। (কপ্পী)

ভীম - (লেপখৎলগা) য়াম্বুং, মসি য়াম্বুংনা থোকহনবা নত্তে, মাগী মাগী কর্মগী মহৈনি। কৃষ্ণগী লিলানি।(ফমথৈ)।

আর্জুন - (হৌগৎলি) য়াম্বুং, অসিতসু নত্তে, ব্রাহ্মন্দা মীনমলুবগী শাপনা ভোজ শাগৈ, বৃষ্ণি শাগৈ অমদি অন্ধক শাগৈ মখোই মশেল হাৎন শুনদুনা লোইনা তুমখরে, অঙকপা মতৌনি ..........।(ফমথৈ)

যুধিষ্ঠির - উম! অদুনি, শ্রী ভগবান্না গীতাদা হাযখিবা-

**পরিত্রানায় সাধুনাং বিনাশায়চ দুষ্কৃতাম,**

**ধর্ম্ম সংস্থা পনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে ।।৮।।**

হাযরিবা অদুগী মতৃংইন্না শ্রীভগবান্না থুপখ্রবনিনা হৌজিক নখোয় ঐখোয়গীসু মতম লোইবে। সত্য যুগ, ত্রেতা যুগ লোইখিদুনা দ্বাপব যুগ লাকখিবনি, হৌজিক দ্বার যুগ লোইশিল্লকলবনিনা কলিগী যুগ থুনা লাক্লগনি, অদুনা ঐখোয পন্থদুনা লৈবা যাদরে। অদুনা ভোজ, বৃষ্ণি, অন্ধক- শাগৈশিং অদুসু অদুম তুমলকালবান। অসিনদি ইযাম্বদি ঐখোয়না হাৎখ্রবশিং অদুগী মতুং ইন্দুনা মগাপ্রস্থান ওইবগে লেপলে ........।

আর্জুন (হৌগৎপা) যাম্বুং, ননাওসু মদু পামজরে ......। (ফমথৈ)

ভীম - (হৌগৎপা) যাম্বুং ননাওসু তুং ইঞ্জগে .......। (ফমথৈ)

নকুল। সহদেব - ননাওখোইসু তুং ইঞ্জগে .....। (ফমথৈ)

দ্রৌপদী - (হৌগৎপা) ননাই নুপীসু তুং ইঞ্জবগে ......। (ফমথৈ)

যুধিষ্ঠির - (যুযুতসুদা য়েংলগা) যুযুতসু ইনাওদি ইপল নিংথৌগী অশেংবা মচা ওইবনা শাগৈ মশেলগী লানসু য়াওদে, ইনাওনা শাগৈগী মর্যাদা ঙাক্লে, ইয়াম্বা পেল্লে। অদুনা নঙোন্দা ঙসিদগী কোনুংগী ভার পুম্নমক শিন্নরবনি। অদু নিংথৌদি অভিমন্যগী মচা নগু পরীক্ষিতপু ওইহল্লসি। কদাই পরীক্ষিত তি ..........।

পরীক্ষিত - (চেনশিল্লকই) ইথৌ (খুরুমই)।

যুধিষ্ঠিব - ঙসিদগী নহাক কৌরবকী নিংথৌ ওইরবনি। (নানবীবা)

নবুবোক যুযুতসুগী পাউতাক মতুংইন্না থবক তৌগদবনি ......।

যুযুতসু - (চংলক্তুনা পরীক্ষিতপু নানবীবা)

ইশুসিদি ইপু লৈরি, করিসু ৱানঙাই লৈতে।

(অনিমক চংশিন্দুনা ফম্মীনৈ।)

যুধিষ্ঠির - (সত্যভামাদা ওনশিল্লগা) সত্যভামা !

সত্যভামা- (হৌগৎলি)

যুধিষ্ঠির - সে ঐ ব্রা হায়গে, পরীক্ষিত কৌরবকী নিংথৌনি, মাগী কোনুঙ হস্তিনাদা ওইগদবনি। অদুগা যদু বংশাগী লেমহৌরিবশিং অদুগী নিংথৌদি কৃষ্ণগী মশুনুপা কামদেবগী মচা 'ব্রজ' না ওইগদবনি, ব্রজগী কোনুংদি ইন্দ্রপস্থানদা ওইগদবনি। মুন্ন তাউ কৃষ্ণ লৈত্রবদি দ্বারকা লৈররোই অদুনা থীন্থদনা থৌরাং তৌ। নিংথৌ অনিগী ঙাকশেনবা নহাক্না তৌগদবনি।

সত্যভামা- (খুৎ লোন্নদুনা) ফনি, ঐ শিঞ্জরগে ........। (ফমথবা)

যুধিষ্ঠির - ফরে হৌজিক মহাপ্রস্থানগী মাংওইননা ঐখোইনা গঙ্গাদা কৃষ্ণ, বলরাম, মামা অহল বসুদেবগী তর্পন কৎলমগে। নখোইনা ঐখোই চৎখ্রবা মতুংদা অচৌবা উসব অমা কৎলু, মদুদা ব্রাহ্মন-বৈষ্ণব, মুনি- ঋষি কয়া য়াওহন্দুনা মপুং ফানা পীজ-পীথক্লুনা মতিকচাবা দান দক্ষিনা কৎলু।
(ভীমখোইদা ওনশিল্লগা) ঐগী তুং ইনগদবা নখোই ঐগী তুং ইল্লকলো .......।

[যুধিষ্ঠির চৎখিবা - ভীম, আর্জুন, নকুল, সহদেব
অমদি দ্রৌপদী তুং ইন্নখিবা]

## মহাপ্রস্থান - ১

[বনগী ফিজোল বলকাল বস্ত্র (উকুশেৎ) শেত্তুনা পান্ধব মণ্ডা অমদি দৌপদী পরেং চৎলি। আর্জুনদি দিব্য রত্ননি খন্দুনা গান্ডিব লীরুং অমদি শৎপগী লোইবা খম্ব লৈতবা মমাই অনি লোংবা তেন্দোংথাদোক্লমগ্রি .........। মখোই মাই নোংপোক ওন্দুনা অসুম লাকপনা লাল সমুদ্র য়ৌরে ........। মাগুদা অগ্নিদেবনা লম্বী থৎতুনা লেপ্পল্মী .......]

অগ্নিদেব - ঐহাক অগিদেবনি, মমাগুদা ঐনা আর্জুন অমদি শ্রীকৃষ্ণগী মতেঙদগী খন্দবন মৈ থাদুনা তুম্মা চাকহনখি। মদুদা পেল্লদুনা ঐনা বরুনদগী নিরুদুনা লিরুং পুম্নমক্তগী অথোইবা গান্দীব অসি আর্জুন্দা পীবনি, হৌজিক মদুগী চন্নফম লৈত্রবনা পীরমলো, মদু বরুন্দা অমুক পীথোকখ্রগে ......।

আর্জুন - চুন্মী অগ্নিদেব, ঐ হৌজিক গান্দীব লীরুং অমদি শৎপগী লোইবা খম্বা লৈতবা মমাই য়েৎ-ওই অনি লোঙবা অখন্নবা তেন্দোং অসি থাদোকচরে।

(আর্জুনা গান্দীব অমদি তেন্দোং অদু লাল সমুদ্রদা থাদগ্রে, খুদক্তা অগ্নিদেব মাংখরে।)

মখোই খা পাংনা লাকই, অদুদগী লবন্য সমুদ্রগী অব্রাং পাংনা লাক্লগা খা-নোংচুপ পাংবরোমদা লাকই, মদুদা মখোইনা কৃষ্ণগী লৈফম দ্বারকা অদু সমুদ্রগী ঈরোলনুংদা অসুম অসুম লুপথরকপা অদু উখি, অদুগী তুংদা অব্রাংপাংনা হাইগৎলকপদা উত্তনা কুপলবা হিমালয় চীঙজাও অদু উখি। অসুম অসুম লাকপদা লৈঙোইতনা কুপলবা লৈঙোইগী সমুদ্র উখি, মথং মথং লৈঙোইগী সমুদ্র লাল্লবা মতুংদা হিমালয়গী অথোইবা চীঙদোল সুমেরু অদু উখি। (মথং মথং)

মখোই হিমালয় চীঙজাও কাখৎলকখি, খোঙ্থাং কন্ন কন্ন চৎলি। দ্রৌপদী খোঙ থাংবা ওমলক্তদুনা চীঙমাইদা তুখি, যুধিষ্ঠির হন্না য়েংবা লৈতে, পরপ পরপ অদুম চীঙ কাখৎলি।

ভীম - (যুধিষ্ঠিরদা) য়াম্বুং, দ্রৌপদীনা করিগুম্বা পাপ অমত্তা তৌখিবা থেংনখিদে, অদু করিগী তুরিবনো?

যুধিষ্ঠির - ইবুংঙো, মহাক্কী পুক্কিংদা আর্জুনবু হেন্না নুংশিবা মীচং- মীখাই নাই অদুগী মহৈনি।

**[খন্না অমুক চৎলগা সহদেবসু ইন্নবা ঙমলক্তদুনা তুরে।]**

ভীম - য়াম্বুং, সহদেব অসি মতম চুপ্পদা ঐখোইগী সেবা তৌজবনি, মঙোন্দা অহংকার অমৎতসু লৈজদবনি, অদুবু করিগী তুরিবনো?

যুধিষ্ঠির - সহদেব অসি মতম চুপ্পা কনাগুম্বা অমত্তবু মাগুম্না বিদ্বান ওইবা লৈতে হাইনা খনজে, অদুননি।

**[দ্রৌপদী অমদি সহদেবনা তুম্নবদা থন্নাই চাক্লুনা নকুল অদু চীঙমাইদা তুরে।]**

ভীম - নকুলগুম্না মশক ফজবা মীওই সংসার অসিদা লৈতে, মতম অপুন্বদা ঐখোয়না হায়বা খুদিংমক মহাক্না হিকতোকপা লৈতে, অদু করিগী তুরিবনো?

যুধিষ্ঠির - ভীম, নকুল পৃথিবীদা মামুক মশক-মতৌ ফজবা কনা লৈতে হাইনা নাপন তৌই অদুননি।

**[মখোয় অহুম মথং মথং তুখিবা অদুদা আর্জুনগী থমোই কাইখি, অদুগী নিঙমদবা মৈচাক খাংবা ঙমদদুনা আর্জুন চীঙমাইদা তুখি।]**

ভীম - য়াম্বুং মহাত্মা ওইরবা আর্জুন অসি ফাগী ফরাং তৌনবা ফাওবদা চুমদবা ব্বা ঙাংদবা, ওইদ-পাদ ঙাংদবা মীশকনি, অদু করিগী তুরিবনো?

যুধিষ্ঠির - আর্জুনদা মহাক অসি খ্বাইদগী কনবনি, থৌবনি খঞ্জবা নাপল লৈ, মহাক্না নোংমগী মনুংদা য়েক্লবা অপুম্বা হাৎকনি হায়খ্রগা মদু থবক ওইনা পাংথোকপা ঙমখিদে। লোইননা মহাক্না লীরুং পাইবা পুম্নমকপু অপমান পীরম্মী, অদুগী মহৈনি। ইশাগী কল্যান পাম্বা মীওইনা অদুম তৌবা হৌনদে, অদুনা তুরিবনি।

যুধিষ্ঠির করিগুম্বদা হন্না য়েংবা লৈতে, খোংথাং কন্ন কন্ন চৎলি, ভীম খোং থাংবা ঙমলক্তদুনা চীঙমাইদা তুরে।

ভীম - (অকনবা খোঞ্জেননা কন্ন লাউদুনা) নিংথৌ! ঐবু অমুক্তংতদি য়েংবীখো। ঐ নহাক্কী নুংশিরবা ভীমনি, খংবীরবদি ঐনা তুরিবগী মরম অমুক্তংদি তাকপীরমখো।

যুধিষ্ঠির - (হন্না য়েংবা লৈতে) নং চাকয়াম চাবনি, মীগী য়েংদে, লম্বা চাই চাদে য়েংদনা নংগী থৌনা হেক্তা উৎলি, মদুগী মহৈনি।

**[যুধিষ্ঠির হন্না য়েংবা লৈতনা অদুম কাখৎলি। হুই অদুদি অদুম লোইনদুনা চৎমিন্নে। চীঙদোন য়ৌরে। খুদক অদুমক্তা আকাশ অমদি পৃথিবী শিনথুংনা নিন্দুনা দেবরাজ ইন্দ্র দোলাই তোংদুনা কুমথরকই।]**

ইন্দ্র - কুন্তী নন্দন! নহাক দোলাই অসিদা কাখৎলো। স্বর্গ কারসি।

যুধিষ্ঠির - (মনাওশিং তুদুনা লৈহৌবশিংগী ব্রাজরদুনা) ঐগী ইনাওশিং ঙম্না লম্বীদা তু তুদুনা লৈহৌরে। তনৌজরিবী রাজকুমারী দ্রৌপদীসু তুদুনা লৈহৌরে। মখোই পুম্নমক্তা লোইননা চৎমিন্নবগী অয়াবা পীবীয়ু।

ইন্দ্র - নংগী ননাওশিং দ্রৌপদীগা লোইননা হান্ননা স্বর্গ য়ৌখরে, স্বর্গদা লোইনা উনরনি। মদুগীদমক ব্রাক্রনু, চৎলসি কাখৎলো।

যুধিষ্ঠির - ভগবান (হুইদা য়েংদুনা) হুই অসি ঐগী অচৌবা ভক্ত ওইরে। মহাক মতম চুপ্পদা ঐগা লোইনদুনা লাক্লে। মহাকপুসু য়াওহনবীয়ু।

ইন্দ্র - নহাক অমরতা ফংলবনি, স্বর্গদা সশরির (হকচাং য়াওনা) কাবা ফংবদি অখন্নবতনা ফংবনি, হুইগী ব্রা থাদোকউ, স্বর্গদা হুই থম্বগী মফম লৈতে।

যুধিষ্ঠির - ইন্দ্ররাজ! ভক্তবু থাদোকপা হায়বা অসি পাপ পুগনি, মসি ব্রক্ষহত্যাগা মান্নে। ঐনা ঐগী নুঙাইনবগীদমক্তা ঐগী অচানবা ভক্ত ওইরবা হুই অসিবু কৈদৌনুংদা থাদোকপা ঙমলোই, হুই অসিগা লোইননা চৎপা য়ারোইদবা ওইরবদি ঐ স্বর্গ পামজদরে।

ইন্দ্র - নহাক্লা নহাক্কী নুংশিজরবা ননাওশিং, নুংশিজরবা পত্নী দ্রৌপদীবুদি থাদোকপা ঙমলগা করিগী হুই অসিবু থাদোকপদি ঙমদ্রিবনো?

যুধিষ্ঠির - মখোইশিং অসিদি শিরবনি, অশিবগা অহিংবগা পুন্ন লৈমিন্নবা য়াদে, অদুনা থাদোকলম্বনি। চংজরকপা মীবু থাদোকপা, মাবু কিহনবা, নুপীবু হাৎপা, ব্রাহ্মনগী লন- থুম মৎপা, লোইননা মরুপকী মফমদা দ্রোহ তৌবা অধর্মনি, অদুবু মরি অদুগা ভক্তবু থাদোকপা হায়বা অদুগা খল তৌনবদা ঐগীদি চপ মান্নে।

**[যুধিষ্ঠিরগী বাঙাং অমদি মাগী ধর্ম লৈবা মতৌ অদুদা হুই ওন্দুনা লাকপা ধর্মরাজ পেল্লে অদুনা হুইগী শক্তম থাদোকুনা ধর্মরাজ ওইনা লেপ্লয়ে।]**

ধর্মরাজ - ঐ ধর্মরাজনি, যম নিংথৌনি, নংগী ধর্মদা অচেৎপা থম্বা বাঙাং তাবদা ঐ পেল্লে, মমাঙদা ঐনা নংসে দ্বৈতবনদা চাংয়েং অমুকসু তৌখরে, মদুদা নংনা কুন্তী অমদি নাদ্রি ইমা অনিবু চপ মান্ননা নুংশিদুনা ঐনা ননাও মরিগী মনুংদা অমতং হিংহনলো হায়বদা ইমা অনিমক্কী য়েংদুনা পোকমিন্নবা ভীম, আর্জুনবু হায়দনা নকুলবু হিংগৎহনবীয়ু হায়খিবদো ঐ নিংশিংলি। নংসে ধর্মগী পরিক্ষাদা হন্ন- হন্না মাই পাক্লে, তশেংনমক নহাক অসে ধর্মগী লেংদ্রবা পাম্বী, ধর্মগী কোম্ফুনি, দোলাই কাখৎলু স্বর্গ কারসি .....।

**[যুধিষ্ঠির দোলাই কাখৎলি, ইন্দ্ররাজ অমদি ধর্মরাজগা লোইননা স্বর্গ কাখি।]**




## লোইরবা

অহৌবগী ফোঙখরবা লাইরীকসীঙ

১। Manipuri Grammar & Composition - (1985-86)

২। সূপ্‌চীল্‌ লব মীতৈ লোন্‌মীত্‌ অমসু লোনচত্‌ পথাপ্‌ - (1993)

৩। লোন্‌ অমসু ময়েক্‌ নৈনলোন্‌ - (1997)

৪। মাজেম্‌গী লোন্‌সীংগী মরকৃত -
মীতৈলোন্‌ ১সু মাগী খোন্‌থোক্‌লোন্‌ - (2002)

৫। মীতৈ ময়েক্‌ - (2002)

৬। মহাভারত পর্বখণ্ড নাটিকা - (2010)

৭। তুলসীদাস কৃত : রামচরিত মানস,
শ্রীরাম জনক বাটিকা নিরীক্ষণ প্রসঙ্গ (অনুবাদ) - (2010)

ফোঙলগদবা লাইরীক্‌

১। MAIN PLACES AND VILLAGES OF MANIPUR
PLAIN AND HILL AREA
(With their Language ...